# হল্লকপগী আশাদা

সরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হন্দোকচবা

রঘুমণি

কোৎজবা—

এস, গোপেশ্বর শর্ম্মা



অহানবা থুংনব

১৯৮৩ ইং

কোপী মশীং

লিশিং অমা

মমল লুপা

নম্ফম :— দেবলা প্রেস, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অনিদং

মুপীগী লমচং য়েকপদা থোইদোক্লা শিংথানরবা সাহিত্যকার শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী অথৌবা ৱারী মরিথক লাইরিক অসিদা কংলিগনি। লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপা মরম্না মতাং খরদা ৱাহৈ খরা হোংদোক-হোংজিন তৌথিবগীদমক পাবিরিশিংবা তাকপিগনি নিংজৈ।

লাইরিক অসি ঐগী ইয়াম্বা শরুবা শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বী (পব্লিসিটি, টুরিজম, কো-ওপোরেসন, ডিভলপমেণ্ট এণ্ড পঞ্চায়তী রাজ-গী মিনিষ্টর) গী মতেংদগী কোংদোকতুনা পাবিরিবশিংগী মিংয়েং মাংদা ল'স্তোকচনবা থুদোং থংজরিবনি। অমুম্মা লাইরিক ফোংথিবা থৃদিংমক্তা অচৌবা থৌদাং য়াখিরক্লিবা ইয়াম্বা অসিগী মকমদা থোইদোক্লা ঈকাই-খুম্নবা উচ্চরি।

হন্দোকচবা —

# হীরম-লামায়



---


অঙাংগী বুক কম্পিটিসন, ১৯৮২-৮৩ ইংদা

অহানবা মনা ফংলবা


# অঙাংগী পঞ্চ-তন্ত্র


লাক্লিবা তাং ১৭/১১/৮৩ ইং, হরি উথান,

ছমিত্তা পুখোকচরগনি।



ইবা

রঘুমণি শর্ম্মা

# হল্লকপগী আশাদা

পুন্সিবু ঈশৈশগী চাংদমবা য়াগোইগ্রা ? করি কায়বগে-ই ঈশৈশী মতোংগুম পুন্সিগীসু লম (তাম্বা) অমা লৈ। লম অসু করিগুম্বনা থুজিল্লি —করিগুম্বনা তম্লি। কনানা বেহুন থোংলুবা খোঙথাং য়াংবা চংলি— অদুগা কনা অথবা অতম্বা খোঙথাংবা মতম শাংবা তুংদা শোংথনা চংলি।

খোঙথাং মায়বা থাংহনা চংবা ওসবা মখোয় অসু মরাইবক কবনি। ঐগী লাইবক্তদি মসু তম্লমগে। মহাক্তি মাইপাকপগী নাপলগা লোয়নবা চংগে— অদুগা ঐদি। থিরবা লাইবক্কি ঐগী।

ঐবু উবদা নখোয় শোয়দবা অঙাওবীনি খনিনিনে ? মসু থনবা য়াই। ঐগী ফিজেৎকা পুন্সিগী ওহোঙ্বা পক্লে। ঐগী খুৎকী থজি ইবং লংই। ঐগী শিগ্রেংগী সিন্দুর ইঙাং ঙাংই। ঐনা শেংলিবা বাস ফিবাল পাক্লা অঙাংবা চনবা শাড়িনি। অসুবু মশুংলাংগীদমক পুম্নমক অনি— মহাক অসুদি লৈজে।

শেংবা হায়রিবনি— নত্তে, নখোয়না অসুম্বা লোকসু। চিবোল চিবোল ঙাংনগনু, ঐ অঙাওবীনি। শেংবা হায়রি-বসিনি— ঐ অঙাওবী নত্তে। অসুদি ঐ করি? তাম্বিবরা? বা অসু পনপদবা কাওবা ঐ য়াম্না কিবে। থাজেমক শেংবা মহাক লৈজরা?

ঐনা মী কয়াদা হাংলে, সাধু সন্ন্যাসী কয়াগী মখোওদা ইরাইবক শুগায়জপ্রবনি— অদুবু কনানগী ঐগী য়াহংগী পাউখুম পীরোইব্রা? অদুদি খঙলে যা অসিগী পাউখুম নৈত্রে।

নখোয়না করিগুম্বা তাকপিবা ওয়গদ্রা? আঃ—ঈশ্বরনা মখোয়বু য়াইফহনবিসনু— অদু করি হায়খনি— পুন্সি লুংশাং-জনবিসনু হায়বা কিই— কিরিবনি, আশীর্বাদ তৌরা হায়বসু অভিশাপ ওইনা খোকথিগদ্রা।

অদুবু তল্লগে, তাবো—

শক্তিবু খাদা মালিক অখোনবা উরবরা? কুংশবা মনা মরক্তা অপোম্বা নৈরাং তুমহনা নৈ। বসন্তগী কোকিলনা খাংবদা মাবু হৌদোকপা ওয়াদে। লিরি লিরি হুপ্পা নামিবগী পাম্বা পূম্নমক মানা খোওইদনা কমদোনবো নীংথাইদনা তুমহনা নৈখোকই।

অদুগী মতুংদা বসন্তনা য়াম্না চংনিংদনা চংপ্রবদা— মতম অদুদা মরাইবক খিরবা অপোম্বা নৈরাংশিংছু মওং অমদা মুমিং হুম্নিগী মমুংদা শাংলকই— মতম অদুদা মাগী চায়খোইবা চা-তরেংনি। মুমিংকী য়াক্কবা মুংশানা মতোন্দা হৈয়হংতুনা মুংশি হৈজনা করেহৈ! কাকপানগী লাক্না লাক্না খোংবা তানা তানা মুমিং তারকপদা মহাক নৈখোক্কগী কেন্দুনা তারকই।

ঐ নৈরাং নত্তে। অহনা কেন্দুনা তাদে। কেন্দুনা তারুরবদি পূম্নমক লোইরম্লগদবনি।

য়াম্না লাইবর ইমুংদা পোকপা নত্তে। বাবা অহৎগুম্বা তাক সাইটক্তা অচৌবা মীনু ওইরমদে। অদুবু মতম্না ঐগী লাইবক থিনবগী মশক ওইহনখি।

তাখি — ঐগী ঈ থাংনা তৌরবা কুচুমা খোঙদা য়েকপা আংতাগী ফজবা হেনগংহল্লি। অমুবা শম্নাংনা খুমিং থুম্না শাংই। অদুক্তে কয়া কয়ানি।

পূম্নমক অসি ঐনা তাখিব খাক্ম্নি। অচুম অরান্দি ঈশ্বরনা থঙলিনি। নখোয়না মহ থাজক্কং খঙবা ঙমগা ?

করি য়েংলিবনো ? নত্তে, নত্তে— মসি শাজিনবা নত্তে— ঐগী চিনবানদি মহৌশানা অঙুম্না তৌই। মসিবুরা ? চা থুংবা নত্তে — মসি শমক্রুন। মসি পোকপদগী য়াউরক্লবনি।

মসি উবদগী সন্ন্যাসী চম্বা অহনা হায়খিবনি মহুদি, ঐ নিংথৌগী মাণী ওইগনি। ওস্থোকপনি ! করিগুম্বা হায়রমজ্রবদি ! হম্বনা হায়খিবা অহুমক ওইরবনিনে !

ওস্থোকপনি, করিগুম্বা মুমিং অহগী অয়ুক্তা লৈগী কৈথেন মচাদা চৎচরমজ্রবদি ! গঙ্গাজলতনা শিবা পূজা তৌবা য়াদত্রা 2 ইমাদি পূম্নমক্না থিং হেনগৎকল্লি। মহাক্না লৈ পাম্মী, নত্রবদি শিব পূজা তৌবা য়ারোই। অহগা মহাক্না কমদৌনবু খঙগদগেদো ? অহগা নিংথৌগী অপাম্বম্ব অঙকপনি ! সংসারদা লম্বী অমুক য়াম্না লৈরি— মহাকী চৎননবা লম্বী ঐখোয়গী পৃথ্রি মপাসগী পূরবা লম্বী অহুম ওইরি।

তারম্মী, নিংথৌ লেংলক্লি। নিংথৌ লাকই, মা কাপ্লুনা নিংথৌ য়েংলম্মী। পুক্লিংদা থম্লম্মী, থঙ্গে মাগী মখুং মরি পামবা উগনি। ওস্থোকপা হায়বহৌনি, মতম অহৌদা হোৌহনা চেন্দুনা ইমুংদা চংশিঞ্জরম্লবদি!

নিংথৌবুদি ইবুংঙোথোয় মী কয়াগা য়েংনরিবনি। লাইবক্তি অতোপ্পা কনানমু তম্বা নত্তে!

সুমিং অহুনগী হৌনা মীনোক থাংবা রাম্মী। পুক্লিংদা থম্লি, মীনোক অহৌগী মরুমদ মচিন তুম্লগা ছুরি মিং থক্ক লংলি।

নিংথৌনা নোক্লুনা হায়রম্মী, "নুপীচা, নহক্কা কনিং করিনো?"—ঐ ঈকাইবনা শিগদৌই। লু লুক্লা লেপ্লুনা থোঙ ওইগী থোঙবীনা লৈবাক্তা তক্রম্মী। ইমিং নিংশিংবা শোক্লে। মাংকোং মখুংদা চিঙ চিঙ শাউই। নাঙোন্দ হুমাং মরিক মরিক কারকই। নিংথৌনা হায়রম্মী, "কয়াদা ঈ শ্রবা—কয়াদা বাশী লৈশ্রবা—কয়াদা ফজশ্রবা—মসিদি অপগী ঐগী য়ুমদদ মতিক চারবীনি!"

সুমিং অহুনগী মায়কৈ মরিদা মুঙক মুঙক তাংনবা তৌখি। ঐগী থম্মোয় সুংদা কৈনোমা তৌরকখি। কদায়, নিংথৌগী পাউ লাকত্রে করিগীনো? ওস্থোকপনি লাইবক চাউবী!—মনৈথংদা নহাক্কী পামজবা থুংলবোই!

পাউ লাক্লে, মতম অহুনা ঐ ঙ ওচংনরম্মী। অমুক অপ-থবা থাংবা ওয়্লমদে। থঙদে, করম্বা তাঞ্জাদনো কুমারনা ঐবু উখিহুনা চাবথকপা চংখিদবা!

থুংপায়-মুংবায় ফাক্কেক্লুনা পাঙ্গিনা লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্লম্মী— ইঙেনগী পূর্ণিমাদা।

নোং-মুংশিং শাথীনা কম্না তৌখি মুমিৎ অহুদা। শেংনা ভগ্লিবনি— মুংশিং অহুনা লুহোংবগী মন্ত্র পূন্নমক ভম্না হুমদোকখি। শুপ্লগী ঐথোয় অনি অনগা অমগা য়েংনরম্মী— অমুকথক্কুনি। মতুংগী মতুংদদি নোং-মুংশিংতা মৈ পুম্নমক মমথি— ঐথোয়গী ভকশমগী কুণ্ডো পরেং মতং মতং ভংতুনা ইচাই চাইনা কদায়-দনো পাইথোকখি।

ঐনা কুমারগী মবুক মম্নাদা কিখি-কিক্লন্নি হায়রম্মী, "তাবিরিস্রা, ঐ য়াম্না কিরে।" মহাক্না চিনবান মম্নাদা চিনথান পুশিল্লক্লগা হায়রকই, "তাবিবরা সবো চংশিল্লকউ— ঐগী ইথাদা চংলকউ।"

ঐনা নিক্না নিক্না নোং-মুংশিং মরক্তা— উচেক মচানা মপীগী মথাদা তুম্মি,— মতৌ অহুম্না তুমখরম্মী।

অমুক্তা মিংথপ থোরকপদা উরম্মী, কদায় রাজকুমার,— মসিদি ঐথোয়গী মীনাইমুশীগী তম্পাক্নি।

মাগী মাইথোংদা য়েংলম্মী, মমিংতগী পী শিন্থরম্মী, বা ঙাংনবা থোনা লৈরমদে।

উরম্মী, মপান্দা নোং ফুইনা চুরি— ইমুংগী মী পূম্নমক পী তানবা উরম্মী। উনা-রানাদা মুংশিংনা হু হু হুম্লম্মী। ঐগী পুক-ছুংদসু অতুম্না কম্না মুংশিং শিংলকপগুম তৌই। পুক্কুদা কপ্পি-লকই। পীদি তারক্কে। চঙ্কনা লৈরম্মী অহিং অমদ ঐগী

চকচাংগী ঈ পূম্নক— মিংকী পীপূম্নমক অমুক অথাকপা লৈতনা ৰনানবো চুপথোকখিরম্লে।

অহূগী মচুংদগী কুনারগা অমুক উরখিদ্রে। ঈকাইবনা কনাহূম্ম হংলুবা ওন্নমদে, মহাক কদায়দা লৈবগে।

অগোবা য়ুবজাও অহূগী মচুংদা পোমগী চেক্লাগুম লৈরম্মী। ঐবু অউবশিংনা কপ্লে— ঐনা ঙক্লা য়েংলম্মী।

অবোইবা ওইনা নোংমা মিংথোমচা উরম্মী। মুমিং অহূ ঐ তুম্বা ফংদমাল্লে। বা কম্না মহাক্না হায়রম্মী; মচুগী অর্থ মতম অহূদা থঙলমদে। হৌজিকপু মহূ পূম্নক থঙলব্রনে।

মহাক্না হায়রম্মী, অমুক উন্নগনি। অদুবু কৈদোংগৈ উম্নগদগে মহূ হায়রমদে! হায়রমী, মহাক ঐ থাদোক্লুনা কদায়দস্থ লৈবা ওক্লোই। মহাক্না থিংলম্মী — ঐগী শিংগ্রেংগী সিন্দুর মুথংপ— ঐগী থুংকী থুজি লোথোংপা। অহূনা সিদুর অসি— অহূনা ঐগী চম্নত্রবা থুং অনি অসিনা সনাগী থুজিনা ইরং লংলিবনি।

হৌজিক নথোয় কনা অমত্তনস্থ চানবিহূনা ভাকপিবা ওম্নরোইদ্রা, কৈদোংগৈ লাক্কগে? মহূ করিনো! নথোয়স্থ চঙক্লনা লৈরবা! নিংবা কায়বা মিংম্নেং অহূ ঐ থাংবা ওমদে!

নত্তে, নথোয় পূম্নমক লাইখির? বা ভাংলবোইদ্রা? ওন্থোকপনি ওন্থোকপনি— করম্বা লৈবাক্নো নহাক্না ঐবু থম্বিরম্লিবা আসিবু, কুমার? হো ইমা! নথোয়গী মিংলুনপীহূ করিনোমি? নী নত্তেনা? মহূ করিনো? নথোয়স্থ বা ভাংলবোই। অহূদি কনানা ঐঙোন্দা ভাকপিগনি — কৈদোংগৈ নহাক লাক্কদগে কুমার?

—·——— ———

# একাদশী বৈরাগী

কালীদহ খুঙ্গংদু ব্রাহ্মণ য়াম্না তাবা লম্নি। মহুৎ গোপাল মুখুয্যেগী মচানুপা অপূর্ব্ব অঙাং ওইরিঙৈদগী অঙাং য়াম্না ইল্লি। হন্সক মহাক চহি মঙা-তরুক কলিকতাগী বোর্ডিং অমদা লৈরুহুনা ওর্নাস ফংবগা লোয়নবা বি: এ: পাশ তৌরগা ময়ুমদা হল্লকই, মতম অহুদা খুঙ্গংগী চাউখৎনবা মহাক্না হোৎনবগী ঙমথৈ নাইদে। খুঙ্গংদা হোত্রোং-হোয়াংবা হাইস্কুল অমথক লৈ— মহাক্না লেঙ্গাশিং মবক অাংসদা মহুদা লাইরিক তম্বা লোইরহুনা পূজা-নুংজা তৌহুনা সংসারদা খোংদোনখ্রে। অহুবু কলিকতাবগী হল্লকপা গ্রেজুয়েট পাথং অহুনা মশম শাংহনবা শিথা থাকপা উবদা তপ্নগী নহা-য়োলশিংদা নত্তে, মখোয়গী মপাশিং ফাওবা ঙক্না য়েংনরি।

সহরগী সভা-সমিতি য়াউহুনা, জ্ঞান লৈবা মীওইশিংগী লেকচর তাবদগী অপূর্ব্ব সনাতন হিন্দুশিংগী অথুপ্পা রহস্য কয়া থাম্মোয়দা ফাওহুনা ময়মদা হল্লকপনি। হৌজিক মরুপ-মপাংশিংদা খোঙ্জেল হৌনা মহুমক শন্দোরকই মহুদি, হিন্দু ধর্ম্ম অসগুম্বা অতোপ্পা সনাতন ধর্ম্ম অমমুক লৈতে ; ময়মদি মসিগী শিক্ষাময়বা খুদিংমক বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদনি। শিথা থাকপগী কাময়, হকচাং ফনা থম্নবগী মাইকৈদা সন্ধ্যাহ্নিক পূজাগী থোইদোকপা দরকার ওইবা, লফোই অশংবা চাবগী হকচাংগা ওইবা কাময়বা, আসনচিংবা থওমদ্রবা কয়াগী অথুপ্পা শন্দোক্না হায়বা তাবদা খুঙ্গংগী অঙাং-অহল পুম্নমক মবৈথংদদি তমহৎখ্রে মমন্থং মহুগী ফল অসুম্বা ওইরক্লে মহুদি, থিন্দনা নহারোলশিং শিথা থাকপদগী হৌহুনা সন্ধ্যাহ্নিক, একাদশী, পূর্ণিমা অহুনা

গঙ্গাস্নানগী মায়দা থুপীমচাশিংস্থ হনবা লৈখিদ্রে। হিন্দুধর্ম্ম অমুক হৌরা কন্নবা, ইরৈবাক কন্নবা অসিনচিংবগী কল্লানাদা পাখংগী কাংলুপ পুল্লাং লাংরক্লে। অহলশিংনা হায়নরকই, "হোয়, গোপাল মুখুয্যেগী মচাশিংনা। ইমা কমলা ( দূর্গা ) না চামবিথরকপননি, অহনা মাগুম্বা মচা ফংজরিবনি। অদু নত্রবদবু থৌজিন্না মতমদা অমুক য়াম্না ইংরাজী পাশ তৌরগবু অমুক নহা ওইনা হর্ম্মদা মপুক্কিং চংলকপা মীশক থোইনা লৈতে।" মরম অসিনা মরৈকাইদা অপূর্ব্ব চাংদম্নিংঙাই লৈতবা মীশক অমা ওইরক্লে। মহাক্কী হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা, মৈথু থকপা থিংবা, ওক্ক শাজং নম্ৎবা সাভা অহুম অসিগী মকনবা ঈথৌনা থুংলং লৌউ-শীংথবগী কাংবু কাওহা থোইদেক্না মীপাইহল্লে। পাঁচকড়ি তেওরনা য়ু থকচিল্লগা মত্তু ফুই হায়বা তাংনা অপূর্ব্ব মাগী কাংবুগা লোয়ননা কাক্কগা পাঁচকড়িগী থুপীনা মপুরোইববু পুহনা মপামদা চেনথি। ভগা কাওন্না অথেংবা অহিংদা পাংতা মা ফাক্করগা ময়ুমদা হল্লকপদা লম্বীদা পাঙ্গা থক্লিংলক্কুনরা করিনো বিদ্যাসুন্দরগী মালিনীগী থুনুং ঈশৈ শক্কুনা চংলি। বামোন লৈকাইগী অবিনাশনা তাহনা মনাতোন্দগী ঈ তারক্লবদা মাবু থাদোরকই। দূর্গা ভুমগী চহি তারামরি-তরা মঙদা ঙাম্নরিবা মচা-সুপানা বিড়ি থক্কুনা লৌদুক্তা চংলি; অপূর্ব্বগী কাংবুগী অঙাংশিনা থেংনহনা মনঙ্গলদা অঙাকপা বিড়ি মতেক অহু নমহুন উনশা হুক্কো কহনাথ। মতৌ অসুম অপূর্ব্বগী হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা

জিকী ওইবা মরাল অনদগী থুঙ্গংগী ব্রাহ্মণশিংনা মহাকী ধোবী, নাপিত, পোংচোয় য়োনবনচিংবা শিনফম পুন্নমক থিংহনা তারিক তংবগী মমাংদা মমুম-মকৈ থাদোকহন্দুনা তাম্থোকখি। হৌজিক মহাক অয়াংলোমদা ক্রোশ অনি লাপ্না লৈবা বারুইপুর থুঙ্গংদা লৈরি। মুপাতু মরল-মথুমদা কুবেরগুপ্তই; অদুবু মহাকী অশেংবা মমিং করিনো হায়বহুদি কমানসু হায়বা তমদে—মতম শাংনা নিংশিংলকখিদবনা ময়াম্না মাগী মমিং শীনখ্রে। মহুদগী হৌনা মহাক একাদশী হায়বা মিদা বৈরাগী, মহাশয় মমিং চংলক্লি। অপূর্ব্বনা থুবাক থুহুনা হায়রকই, "শেংলদা কুবেরগুপ্তা! সামাজিকতা লৈখা তারবা! অদু ওইরবদি মানা লাইব্রেরীগী শেলফম তঙ্খায় অমা পুহনবা তাই। অদু নত্রবদি মফম অদুদা ধোবী নাপিত, পোংচোয় য়োনবগী শিনফম ফাওবা থিংগনি! বারুইপুরগী জমিদারদি ইচে-খোয়গী মরি-মতানি।"

মহারোন হয়াওরে অমসুং থিংহদবা ডোনেসনগী থাক্তাদা বৈরাগীগী মমিংগী নাকন্দা অদু অচৌবা অমা ইখ্রে। একাদশীগী মফমদগী শেল থাগংকনি, পীরক্লবদি অপূর্ব্বনা মচেগী মরি-মতাংদা হায়মহুনা বারুইপুরদসু ধোবী নাপিতকী শিনফম থিংহনগনি, পাত্তা ফংহুনা রসিক স্মৃতিরত্ননা লাইব্রেরীগী চাউথংনবা অকবা পাউতাক পীরম্মী মহুদি, ফরে, অপুনবা শেলফম অমা পীরক্লবদি মহাপাপীতু কালীদহগী সম্পত্তি কংদোনা কনবগে, য়েংবা হায়বহুনি। মরবদি, লৈনত্রবসু লমহাং ওইরে ইজ্জোল অদুবু একাদশীনা য়াম্না লুবা নিংকৈ স্মৃতিরত্ননা মহু থঙদবা নত্তে। চহি অনিগী মমাংদা ইজ্জোল

অদু নৈ পিরগা মপাগী বাপান চাউখোকহনগে থন্দুনা ওমজবনখৈ হোৎনহুনম্ব মহাক মনিং থুংবা ওযখিদে। মহাক্না হায়রকপ অহুকা একাদশীনা খোইদোক্না সাধু ওইবা মীশকী মতৌগুম মনাকোংদা মথুদোশীনা থেন্দুনা হায়খি, অহুম্না তাকপিগন্নু আজ্ঞা-ইবুংঙো, লম মচেং থজিক্কং অসিগী মহুৎতা ব্রাহ্মণগী মকমদগী মমল লৌবা ঐ কন্নিগুম্বা মওংদম্ব ওমজরোই। ব্রাহ্মণগী সেবাদা শিজিন্নবা কংজবদি ঐখ পুরোন তরেৎকী লাইবক ফবনি। স্মৃতিরত্নবা খোই-দোক্না মপুক্নিং পেল্লহুনা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবগীদমক্তা মহাকপু মশীং খিওনদনা আশীর্ব্বাদ তৌরক্লবা তুংদা একাদশীনা মথুৎ লোম্লহুনা লোল্লুক্না ঈঙংচখি, অহুবু অসুকী মতিক ইবাইবক থিগ্নে আজ্ঞা ইবুংঙো মহুদি, পুরোন তরেৎতগী লৈরক্লবা ইঝোল অদু থাদোক্লবা উপায় লৈজদ্রে। বাবানা শিরমদাই মতমদা কোক্কা মথুৎ থমহুনা ঈশ্বর পন্দুনা হায়রকই, চন্না ফবা হেন্দুনম্ব মুপামচা, ইঝোল কৈদৌহুংদম্ব থাদোকহুকো! অসিমচিংবা কন্নানি। মহুগী লাউ-নিংব স্মৃতিরত্ন হৌজিক ফাওবা কোকত্রি।

মুনিং মডানিগী মতুংদা লোংমা অয়ুক্তা মুপামচাশিংগী কাংবু অদু ক্রেশ অনি মখোঙনা চংহুনা একাদশীগী য়ুমদা থুংলরে। য়ুমম্বু লেংনাক্লা লৈরং তান্নুনা শাবনি, অদুম ওইনমক তক্ক-তক্কই। টবদা লক্ষ্মী চেন্না থল্লি। অপূর্ব্ব নত্নগা মাগী কাংবুগী মীওই কনাবম্ব একাদশীবু মসিগী মমাংদা কৈদৌঙৈদম্ব মশক উখিত্রি; মাগী শুমাং য়ৌরকমক্তুদা মখোয় ঈশিং খৌয়াংবনা থাংজন্নক্লে। মুপা অসি শেং পায়বদা কুবেরগুম্বম্ব ওইসম্নু, অমম্ব ওইজসম্নু, লাইব্রেরী

"ইবুংঙোখোয়বু ?"

"ঐখোয় ব্রহ্মণ হাকনি।"

ব্রাহ্মণনি হায়বা তাবদা তৌকম খঙদনা হৌগৎলগা একাদশীনা মকোক নোন্দুনা খুরুমই ; হায়রকই, "লেংশিনবিসি !"

ময়াম কয়রবদা একাদশী মশামকন্থ ফমথরে। হিসাব শুবনা হংলকই, "ইবুংঙোখোয় কয়রি দরকারগী লেংবিরক্লিবনো ?"

অপূর্ব্বনা লাইব্রেরীগী কাররগী মরিদা ইচম চম্না বাহৌদোক ওইনা বাহৈ খরমৎ হায়রগা শেনখায় রাকম পনগে তৌরকপদা উরে, একাদশী মমাই মাইকৈ অমদা লৈখোকল্লে। মহাক্না উখোং মরুমদা লৈরিবা মুপীহুদা হায়রি, "নঙ ইঙাও ঙাওবরা হাকুগী মম ? শোন্দোয়রদি পুম্বা লুপা তরেৎকা আনা অমা কারে ; মতুগী আনা অহু ভানা লৌগদবগী শরুকপুদি ঐগী খৌরি অসি মেৎতুনা থোক হেক হাংত্তোকত্রিবা করিগীনো ?"

অহুগী মতুংদা মখোয় অনি অমুকো মতিক কয়া য়েংনরক্লে মতুদি, আমা অমথক্লুং অহু থাদোক্লুরবদি শিনা-শিরগদবগুম্বী। অহুবু হাকুগী মমানা লেংদবগুম একাদশীমু খোঙফম চৎলি। থেংজিল্লক্লে হায়দুনা অপূর্ব্বনা মবানিগী বা ককখোক-ককশিন অহুগী নরক থৎতুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী লাইব্রেরীগী বাকমহুবু—"

একাদশীনা মমাই লৈশিল্লক্লগা হায়রকই, "আচ্ছা, তাজরিবসিনি ;—হোয়নে নফর, নঙনা ঐবু ইঙকা নুং পুম্নগা লুপহল্লিং-লবরা। লুপা অনি অহু হৌজিক ফাওবা শিংদোক্লকত্রি, অমক :

লুপা অমা লৌপনি হায়রুনা লাক্রিবসিবু করিমত্তা ঈকাইদবরা হায়রু ? ভাইবো, শেন্দোয়-হুংদোর থরা পুরকপরা ?

নফরনা ফিরৈদগী পৈশা মরি লৌখোরকপমক্তদা একাদশীনা মমিৎ তাংনা হায়রকই, "থা অহুম ফাবরা নত্রবে? পৈশা অনি অমদি কদায় ?"

নফরনা মথুৎ লোয়রুনা হায়রকই, "অতৈ লৈজত্রে ; থাড়াগী মচাহুপাদা মখোঙ্ কোন্দুনা কয়া হায়জ-নোঙ্গবরতদা পৈশা মরিথক পুথা কংলকই, অরাংপহু লাক্রিবা হাপ্তা-কৈথেল হুমিৎতা শিংগৎ-চপনি।"

একাদশী মতক ইন্দোক্লুনা হায়রকই, "নাকল অমহুদা করি য়েন্নিবগে য়েংগে লাও।"

নফরনা ওইথংবা ফিরৈ উংলহনা ঈকাইনা হায়রকই, "পৈশা অনিদমক্তা মীনশা তাংগত্রা ? পৈশা পুরক পুরক্লা নখোয়দা নমথাক তৌরবা মহাক অহু লয়শি শিসহু, হায়জরিবসিনি !"

একাদশীনা থানা য়েংহুনা হায়রকই, "নতনা পৈশা মরিথি পুহনা পুরকপা তম্লগা পৈশা অনিদংদি অহুম্না পুহনা পুরকপা তমত্রবরা ?"

নফরনা শাউহুনা হায়রকই, সত্য, হায়শিনবা মত্তে বাবু ! লয়শি শিগে—"

অপূর্ব্ব শাউনিংবনা থাংবা অমুক তম্লকত্রহুনা হায়রকই, "মহাশয় নহাক অতকপা মীনি।"

একাদশীনা শুপ্লগী অমুক্তং য়েংলকই, করিগুম্বা বা অমত্তা ডাংলক্তে। পরান বাগদী শুমাং ফাংলতুনা চংখিবা উবদা একাদশীনা মথুং থংতুনা কৌদুনা হায়রকই, "পরান, নফরগী ফিরৈদা করি য়েপ্লিবগে অমুক্তা য়েংলম্মুগাই, পৈশা অনিকা য়েপ লাকপরা?" পরান চংশিল্লকপা উবদা নফরনা শ উদুনা মহাক্কী ফিরৈদা য়েপ্লিবা পৈশা অনি লৌথোক্তুনা একাদশীগী মমাংদা হুনজিল্লক্লে। থোদো অসিদা একাদশী করিমত্ত শাউরে। পৈশা তরুক অহু বাক্সিদা হাপচিল্লগা মহাক্কু গোমস্তাদা হায়রকই, "ঘোষাল মহাশয়, নফরগী মফিংদা লৈরিবা শেন্দোম্ব অদু কংলে হায়দুনা ইশিনবিয়ো। হোয়নে, সুপা অমা লৌরগা অমুক কৈদৌনক্লদৌরিবনো?"

নফরনা হায়রকই, "দরকার লৈত্রবদি কৈদৌবা লাক্কদগে বাবু!"

একাদশীনা হায়রকই, "মথায় অমা পুক্লোদনা! সুপা অমা ফানা পুগ্রবদি অরেম্বদা মাংহল্লুরগনি।

অহুগী মতুংদা কয়া ডাংনে শকুরবা মতুংদা নফর মোড়ল শিকি অহুম পূহুনা চংল্লে।

মতম থেংজিল্লক্লে। অপূর্ববগা লাকমিন্নবা অনাথনা শেল-থায়গী থাক্তা একাদশীগী মমাংদা থল্লগা হায়রকই, 'পীগদবা পীবিয়ো মহাশয়, ঐথোম্ব অমুক ডাইবা জল্লয়োই।

একাদশীনা থাক্তাদু ফাক্কোক্তুনা মিনিট তরামম্নারোম চেনা হাইদোক-হাইদোক্তুনা য়েংলগা সুংশা মপী অম হেক্কুনা

ঐনা ঙখোয়দগী লৌথংনবা হোৎনবদা কয়া বাহিবা? অহুনা লমোন অসি য়োম্থোকখিত্রবদি চাঁদা শীবা থুদোং চারোইদৌরি।"

অপূর্ব্ব শাউনিংবনা মচিনবান থক-খা চিংলক্লে; হায়রকই, "মকম অসিদহু ধোবী, নাপিতকী শীনকম থিংলবদি থুদোংচাগনি। হৌন-থওমন্দবদগী নং জাত তাহুনা মীনা তৌরখিত্রিবনি, করে!"

বিপিন্না হৌগৎলগা মথুদোকী শিংহুনা থমকা ভোহুনা হায়রকই, "বারুইপুরগী রাখালদাস বাবু ঐখোয়গী মরি-মতানি, কাউগনু বৈরাগী।"

তনুবা বৈরাগীবু থনগমদবা থৌওং অসিনা তোফম থওচন-খিত্রে। মীরৈক ইগী নুপামচাশিংনা ইথও থওহৌদনা অমুক হাক্লা শাউবগী মরম মহাক করিমত্তা থওবা ঙমদ্রে। অপূর্ব্বনা চাহ-রকই, "লাইরবগী ঈ চুপ্তুনা চাথিবা শেন্দোয়হু ওথোকহল্লবতদা থওগদবনি।"

নফর মতম অহু ক ওবা কমহুনা লৈরি; মহাকী ফিরৈদা য়েম্না পৈশা অনি লৌখগী শাউনিংহুনা লৈরিবনি; মহাক্না হায়রকই, "ভাকপিরিবহু অচুম্বমাক্ল বাবু। মহাক বৈরাগী নত্তে হিংচাবনি। কমদৌনা ঐচোন্দগী পৈশা অনি লৌখবগে হায়বা মিংমক্লা উবিরিবহুনি।"

হম্বুববু থীনা তাংবসিদা মফমহুদা লৈরিবা পূম্নমকী থম্মোয়দা অপেনবা ম্নংঙাইবা অমা ফাওরকই। মখোয়গী মাইথোংগী ফিভম উবদা বিপিন্না মখোনা কংহুনা মমিং লাওথোক্লুরা হায়রকই, "নখোয়দি মম্নুংগী বা থওলোই, অহুবু ঐখোয়গী থুঙ্গংগী মীনি,

অসি ময়াম পুম্নমক খঙ্ঙনরিবনি ; অদুম অহুম্নমক মী অমনা অমগী মচিন্নগী অত্তোপ্প কপক্কী য়াম্নী চাবগী মুংঙাইবা কানিংবনা মহৈ মহৈ পাংতক্লরকই। অদুবু এক দশী ঈক হৈবনা চিংনবনা ত্তপেংনা লোন খোঞ্জবগুমদ্রে। মশাগীদমক্তা নত্তে, মচলদু পীদমককনি। মথোক কায়কপগী অহানবা পুংজাদা লংজখিবগী গোবিন্দ খঙ্মোয়দা হৌজিক ফাওবা অকনবা চৈনাখোল কাওহনখিবদু ঙসি ফাওবা অসুম্না অদুম লৈরি, থোইদিং মথায় অমা ফাওবা কংশিনথিদ্রি, হন্নুবনা মদু য়াম্না মুম্না থডই। তুংদা ইঙ্গিত মরিক অমত্তং ওইরবসু মহাক্কী মমাক্কোং য়োঙ্গবদি মৈচাক অদু হেনগৎকনি, চিংনবা অপিনা মাইথোক্ত শক্লবা একাদশীনা বা ওংলনা য়েংলকই। মহাক্কী পীরাং পীফম তৈরবা মিংমেংগী মরোল থোক্তবা হায়জ-কোঞ্জবা কনাগী মিংমেংনসু তাক্লদে, অদুবু অপূর্ব্ব খুদক্তা ভাব তারক্লনা ঙকপনা থম থেংদ্রে।

বিপিন্না হায়রকই, "ঐথোয়বু ভিক্ষারীমনে, য়ুথক অনিগী লঙ্গীদা থোক্লনা হুংশা মরক্তা শেল শিকি অমা নিবা লাক্লিবরা? মহুশু ঙসি নত্তে, কৈদৌইঙ মাগী কমানো অমগী লিমোন য়োনগনি, পাউ অদু লৌরগা ঐথোয় মোংমা অমুক থোক্লনা লাকপা তারি— অদুদা করিগুম্বা বাবুনা পৌজানবিরবদি। অদুবু মীগী ঈ থমহনা শেম্নোয় চাও হনুবা, শাহিং চাবনা শাহিং চাববু শোক্লদে থম্বরা? ঐনা মফম অসিদসু নহাকপু মীনা শোক্ল-শম্নহন্দবা ওমত্রবদি ঐগী ইমিং বিপিন ভট্টাচার্য্য নত্রে। জাত অত্তোনবনা শেল থব পায়রগা নমিং তাংশিন্নবিবরা ননা পঙশিন্নবিবরা? চংলসিনে, অপূর্ব

ঐখোয় হল্লসি, মতুংদা শুণ থঙনবা হায়বতনি।" হায়রগা মহাক্না অপূর্ব্ব থুদাং পায়দুনা চিংলকই।

পুং তরাবাথোক্কী তাপ্রে। চক্ক ওইনা অন্থক লাম্ন কথী খোঙ্না লাকপা অসিদা অপূর্ব্ব থোইদোক্না ঈশিং থোরাংদুনা তাইহাক্কী মমাংদা মীনাইদা মহাক্না ঈশিং পুরকউ হায়খি। অদুগী তুংদা তাংনে শক্কবদা রাকন অদু নিংশিংলুপ্রে। অদুবু মহাক্না থোরাংলিবা ঈশিং মথুং নাম্মনা অদুগা অতোপ্পা মথুং নাম্মনা শেম্পাক অমদা বাতাসা থম্না পুদুনা চহি কুনতরেং কুম্নিপালগী লুপ্পাবী অমা লাকনগী খোঙ্ হাংদুনা মনুংদা চংলকপদা মহাক্না ঈশিং পুরকউ হায়খিবদু থংনিং নিংশিংলক্লে। গৌরীবু জাত অতেংনবা নিঙ্তোলনি হায়না লৌবা ওমদে। রেশমগী শাড়ী শেংলি, ইরুং-জবগা হৌজিক্না আহ্নিক-পূজা তোংগদবগী ফনথবদা ব্রাহ্মণনা ঈশিং পামই হায়বা মীনাইগী মচিন্দগী তাদুনা মহাক আহ্নিক পূজা ছন্দোক্রমদুনা চেন্নকপা মাল্লি। হায়রকই, "কনা ওইরবনো ঈশিং পাম্বি হায়বদুবো?"

বিপিন্না হায়রকই, "'রেশমগী শাড়ি শেংলবদি থঙলে নহাক্কী নথুংতগী ঈশিং হেক্তা থক্কশন্দ্রা ঐখোয়? অপূর্ব্ব, মহাক অসিমক তৌজগী অদুমিননৈ!"

মিংনা কুমদা সুপী অদুগী মথুংতগী বাতাসা বাপ্পা শেম্পাক অদু নাম্মদুনা শ্রেং শ্রেং লাওনা তাপ্রে অমসুং ভমথে নাইনবা ঈকাইবা অদু মখিংমক্না উবদা অপূর্ব্ব মশামক ঈকাইবনা শিগদোরে। মহাক্না শাউনা বিপিনগী পাম্বোমদা বক থিক্নগা হায়রকই,

"অমুক শাওশিন্নরিবা কৱিণীনো? অক-ফন্তা জ্ঞান লৈত্রা?"

বিপিন থুনুংগী মীনি, থংবদা মায়োক্নরিবনুবু ঈকাইবা পীবদা মুপা-মুপী থায়দবা ফজে-ফজদে য়েংদবা অথোবা মুপানি। মহাক অপূর্ব্বনা কক থিল্লকপত্তুদা অমুক্তা হেন্না ঙমখৈরক্লে, মমিং লাওথোক্লুনা ঙংদুনা হায়রকই, "কৱিণীনো, মীনম্বা রাম্বা ঙংলিবসি? ব যোম মচাগী ঈশিং পুরকপা ঙম্বা অমুক মথোনা লৈরবা! কৈথেন ময়াইদা মথোঙ-মথুং থুরেকপা ঙমই থৗত্রা?"

য়েংনরুত্তুনা কান্নরোই হায়বা অপূর্ব্বনা থন্নই। ফজনবগী চাং হেনগৎলক্‌পা নত্তুনা হন্তবদি ওইরোই। হায়রকই, "এরম্বা পুরকউ হায়খিবনি বিপিন, নহাক্না মফম-মরাং খঙদনা অরেম্বদা থংনকুম্নু। চংসি, এথোয় হৌজিক চৎসি।"

গৌরী শেম্পাক খুনগংলগা কনাদন্সু হন্না থেংনমদনা তুমিন্না থোকপ্রগা থোঙ্‌জিল মরুমদা লৈত্রে। মফম অত্তদগী হায়রকই, "দাদা, মথোয় কৱিগী শেল থায়বা লাক্লিবনো, পীক্লবরা?"

একাদশী ঙসায়নথৈ নুংবংনা ফমত্তুনা লৈরমই, মচংনুপীনা কৌরকপদা ঙক্লুনা হায়রকই, 'পীত্রি, হৌজিক পীরগে ইবেম্মা!"

অপূর্ব্বদা য়েংদুনা মখুং লোয়নত্তুনা হায়রকই, "বাবু এদি লাইরবা মীনি, শিকি অমা হায়খসি এভোন্দদি মমল য়ামই, চানবিত্তুনা লৌবিরো।"

বিপিন্না অমুক হন্না অয়াকপা পাউখুম অমা পীগদবগী তৌরকই, অপূর্ব্বনা ইঙ্গিত তৌদুনা মাবু থামজিনজে; অত্তবু অমুক বাজাও থোক্লবা মতুংদা শিকি অমা পীগে হায়রকপসদা

মচোন্দা খোইদোক্না তুকচ্চনা থোক্লে। মপুক্কিং ফাখরগা হায়-রকই, "কৈরসম্থু বৈরাগী, নহাক পীদবা য়ারে।"

মসি শাউত্তুনা হায়রিবনি হায়বা একাদশীনা থেঙলে ; মুংশা মপী অমা হোল্লগা হায়রকই, "কলিকাল! খুদোংচাবা ফংলবদা কনাস্থু লেম্না থাগদবা নৈতে! পীব্রো ঘোষাল মহাশয়, শিকি পৈশা মরি খাতাদা ইশিল্লো। কব্রি অমুক হায়গনি!"

অসি হায়রগা বৈরাগীনা মুংশা মপী শাংনা হোল্লকই। মহাক্কী মাইথোং উবদা অপূর্ব্ব হুন্দক্তি নোক্লিংলক্লে। শেল্দোয় চাহ্না হিংবা অহল অসিগী মফমদা শিকি অমগা শিকি পৈশা মরিগী মরক্তা কয়াদা চাউনা খেল্লরিবা, মহু মহাক্তা মপুক্কিংদা থঙবা ওক্লে; নোকফেৎ লৌহুনা হায়রকই, "ওরে বৈরাগী, পীব্রবস্থু য়ারে। ঐখোয় পৈশা থক্তিক-খরাক লৌরে' ঐগোয় চৎলে।"

শিকি পৈশা মরিগী মাংখোক্না থোঙ্জিল মরুমদগী মরু ওইনা য়ানিংদবা অমা ফোংদোক্লকপা য়াই হায়বা অপূর্ব খোইদোক্না আশা লৈবগা য়াই। মহাক্কী শাড়িগী ফিজিসন্থু তৌজিকন্থু উমি, অহুবু মহাক্না কবিশুখা বা অমত্তা ওংলক্তে। চংলমদাইদা অপূর্ব্বনা তশেংনমক শাউনিংবগা লোয়ননা মপুক্কিংদা হায়জরকই, মখোয় অসি থাজৈশেংনমক তশেংনা অক্তোনবনি। দান তৌবদা শিকি পৈশা মরিদগী হেনগৎনা মখোয় থলবা ওমদে। পৈশাতনা মখোয়গী খরায়নি, পৈশাতনা মখোয়গী হকচাংনি, পৈশাগীদমক্তা মখোয়না তৌবা ওয়োইদবা কবিশুখা থবক অমত্তা সংসারদা নৈতে।

অপূর্ব্বনা মাগী কাংবুগা লোয়ননা হৌগৎলকপরকদা চহি তরাগী মুপামচা অমদা অনাথগী মিৎয়েং তাকরে। অতাং অহুগী ফিভম উবদা মপা কায়নবা নত্রগা অচুগুবা করিনো অমা থোকপা মাল্লি। মহাক্কী লুপ্রাবী মবা মঙ্গোলগী উবোঙতেন মরুমদা ফল্লি। অনাবমা ওক্তুনা হংলকই, "পুঁটে, নঙ মফম অসিদা ?"

পুঁটেনা মথুদোগী বিন্দুনা হায়রকই, "ইনা অসিদা ফল্লি। ঐখোয়গী লুপা য়াম্না মঙোল্না তুংশিন্দুনা লৈ।" হায়রগা মহাক্না একাদশীদা মথুং থিল্লকই।

বাহু তাবদা ময়াম পূর্ণনক চঙ্কৈ অমতুং লাংতক্লরকই। মসিগী মমৈদা কারি খোক্লকপগে য়েংনিংহুনা অপূর্ব ফনা ঈশিং থোরাংহুনরু থাপিনগী থুক্সং পায়হনা ফনথক্রে।

একাদশীনা হংলকই, "নঙগী নমিং করি কৌবগে মুপামচা ? কারি লমদগীনো ?"

মুপামচাহুনা হায়রকই, "ঐগী ইমিং শশধর কৌই ; মখোয়গী থুঙ্গছুদগীনি—কালীদহদগীনি।"

"নঙবু পোকপা অহলগী মমিং করি কৌবগে ?"

মুপামচাহুগী ওইনা অমাথনা পাউখুম পীরকই ; হায়রকই, "মপা নৈথিদব মতম কুইরে। মখো রামলোচন চাটুয্যে মচামুপা শিরবা তুংদা সংসার থাদোক্তুনা কোইচৎ চৎখি ; চহি ভরেংকী মতুংদা হল্লকপা থা অমরোম কারে। নহাল মখোয়গী মুম নৈ চাকখি, মৈ মুখংনবা হোৎনবদা অহল অচু শিল্লে। অতোপ্পা ফনা নৈত্রে, মত অসিনা শ্রাদ্ধ শোনগদৌরিবনি।"

য়ায়ী ভাবদা ময়াম পুম্নমক মুংঙাইতবা কোংদোক্লরকই, শুপ্নগী একাদশীদংদি তুমিন্না লৈ। ঙাইহাক্তং লৈরগা হংলকই, "শেলগী ইন-খোংববা লৈবরা? চংলো, মহাক্কী নমাদা হংলুরো।"

মুপামচাহুমা হংলুরগা হায়রকই, "চে-চাং কারমু লৈত্রে, পুম্নমক চাকখ্রে।"

একাদশীনা হংলকই, "লুপা কয়ামো?"

হন্দক্তি লুপ্রাবী অহুনা চংশিন্নরুগ কোকথুম ফি থম্বা চিংথরগা পাউথুম পীরকই, "আজ্ঞানা শিরমদাইদা মহাক্না তীর্থ চংলমদাইদা লুপা চামঙা থনমই হায়না ভাকপিরমই। বাবা, ঐখোয়গি য়াম্না লাইরৈ, শেল লোইনা পীবিদ্রবস্থ থরদদি ঐখোয়দা ভিক্ষা ওইনা পীবিয়ু।" হায়না লুপ্রাবীহুনা খোঞ্জেল কাক্তিন্দুনা কপ্লক্লে। ঘোষাল মহাশয়হু ওসাহনথৈ হিসাব শুবা লেপ্তুনা মপুক্তং চংনা তারমই, মহাক্না চংশিন্নরুগা হংলকই, "ঙাইখো, কনাগুম্বা সাক্ষীকদি লৈবত্রা?"

লুপ্রাবীহুনা মকক হাম্বহুনা হায়রকই, "লৈতে! ঐখোয়গি থঙলমদে। আজ্ঞানা লোম্না তুংশিন্নহনি।"

ঘোষালনা নোকক্লেং তৌহুনা হায়রকই, "শুপ্নগী কপ্লতনদি য়ারোই ইবেম্মা! পুম্নমক অসি শেল-থুমগী যাকম্নিনে। সাক্ষী লৈত্তে, ইনবস্থ লৈতে, অহু ওইরবদি কমদোগদগে হায়্য় ভাসি?"

লুপ্রাবীহু হিক-হিক কপখোরক্লে; অহুবু কপ্পগী ফল করি ওইগদগে হায়বা কনাস্থু থঙনদবা লৈত্রে।

হন্দক্তি একাদশীনা বা ঙাংলকই, ঘোষালদা য়োহুনা হায়রকই, "লুপা চামঙা কনানমো থনগ্নগা লৌখিদ্রিবম্বা হানা থম্নি। মহাক্না

অমুক্তা অরিবা খাতাশিংহ্ন থিহনা য়েংউ, খরা ইশিন-খোংচিন্দুনা লৈবরা ?"

ঘোষালনা থিঙ্গংবা হায়রকই, "কনানা মতম অসিদবু তিলাই-খোম্বী চুমনবা খাতাশিংহ্ন থিবা ওমগদগে ? সাক্ষী লৈতে, রসিদ-মুংশিদ লৈতে—"

বাসি ভাংবা লোইক্লিইদা খোঙজিল মকুমদনী পাউথুম পীরকই, "রসিদ-মুংশিদ লৈতে হায়রুনা ব্রাহ্মণগী শেলহ্ন মাং-হনগদ্রা ? অরিবা খাতাদা য়েংবিয়ু, ওখিরোই হায়রগনা ঐতোন্দা পীবিরকউ, ঐ য়েংগে।"

ময়াম পুম্নমক ওক্তনা খোঙজিল্লোমদা য়েংনরকই, অদুবু ক্তকুম তৌরক্লিবা মহাক অদুবুদি উবা ফংদে।

ঘোষালনা তপথনা হায়রকই, "চহি কয়া শুপ্লবগে ইবেম্ম। অদুক কুইরবা খাতা থিবদি অরায়বা নত্তে। খাতা-মুংদ না পৈরুনা লৈরি-বনি! থম্বু থনম্লবদি, মরাইনা লৈজরমগনি।" লুখ্রাবীদা হায়রকই, "ইবেম্মা নহাক কপকনু, ফংকম থোক্পা ওইরবদি করিগী ফংদনি ! করে, হয়েং অমুক্তা ঐগী য়ুমদা লাকউ ; বা পুম্নমক হংলগা খাতা থিদোকপিগে ওসি অদুক থেংবসিদনি ওস্লরোই।"

লুখ্রাবীনা খুদক্তা য়ারহুনা হায়রকই, "করে বাবা, হয়েং অয়ুকমক বাবাখোয়বীদা লাকচরগে।"

"চংলো।" হায়রগা ঘোষালনা মতক নোমহুনা মমাংদা ফাক-তোক্তনা লৈরিবা খাতাহ্ন ওসগী ওইনা খুমজিনথরে।

অদুবু হংবগী মমিংদা লুখ্রাবীবু ময়ুমদা কৌবগী হর্থ খোই-লোক্তা ময়েক শেংই। মকুমদগী গৌরীনা হায়রকই, "চহি নিপালগী

মমাংগী— অদু ওইরবদি শোক ১৩০১ বঙ্গাব্দগী খাতাদু অমুক্তা কাক্তুনা য়েংবিয়ু শেল' জমা তৌরবরা ?"

ঘোষালনা হায়রকই, "অহুক হাথু হাথুরিবা করিগীবো ইবেম্মা !"

গৌরীনা হায়রকই, "ঐখোন্দা পীবিরকউ, ঐ য়েংজগে। ব্রাহ্মণ নিঙোল য়ুথক অমি মখোঙনা লাক্লি— য়ুথক আন মুংশা অসিদা থোঙনা হনথিগদৌরিবনি, হয়েং অমুক বাবাগী মাক্তা লাকদৌরিবনি; অহুক কাকা বা চাউথোকহল্লুবগী করি কাম্মগদগে ঘোষাল

একাদশীনা হায়রকই, "অচুম্মক্লনে ঘোষাল মহাশয়; ব্রাহ্মণ নিঙোলবু অরেম্বদা লাকহনবা ফগপ্রা ? নত্তে, নত্তে। পীথোকথে। পীথোকল্লো, শং হেক্তা পীথোকল্লে।"

ঘোষালনা শাউনা হৌগৎতুনা থংনবা কাদগী শোক ১৩০১ বাঙ্গব্দগী খাতা লৌথোকলুরে। মিনিট অরা চেনা ফাক্লবা তুদা থঙহৌদনা য়াম্না হরাওনা হায়রকই, "বাঃ! ঐখোয়গী ইবেম্মা গৌরি লৌশিং য়াম্না লৈ। চহি অহুনকী খাতা অহুমক্তদা জমা তৌরম্বা থেংনরে। রামলোচন চাটুয্যেনা জমা তৌরম্বা লুপা চামঙাসিদা লৈরে।"

একাদশীনা হায়রকই, "শং শং অমুক্তা শেন্দোয়দু হোৎজুনা য়েংথোকউ ঘোষাল মহাশয়।

ঘোষালনা ওক্না হায়রকই, "অমুক শেন্দোয় ?"

একাদশীনা হায়রকই, "এঃ, শেন্দোয় পীরোইদবা ! শেল

অহুক কুইনা থাবরক্লিংসিদি, হুাইনদি নৈচেনবা ! চহি নিপানগী শেন্দোয়, থা থরা অসিদি থায়দোক্কনি।"

মতম অহুদা চাউরাক্ত শেন্দোয়-শেল্লেপ পূরা লুপা চাতবেং য়াঙ্খি ওইরে। একদাদশীনা মচলহুপীদা হায়রকই, "ইবেম্মা, শেলহ অহুদি উপুদগী থরা লৌখোরকউ। মুপামচা, শেল লোইনমক পূল্লপ পূরগনিদনা হা?"

লুগ্রাবীগী থম্মোয়গী বা ঈশ্বরনা তাবিরে, মপী ভৈখোক্লগা ফোংনা হায়রকই, "নত্তে বাবা, অহুক য়াম্না শেল ঐগী দরকার নৈতে; ঐঙোন্দা হৌজিক শুপ্নগী লুপা য়াংথৈদং পীবিয়ু।"

"মচু পূত্রা হুপীংগা। ঘোষাল মহাশয়, থাতাহু অমুক্তা পীরকউ, সই তৌশিন্নগে, অহুগা লেমহৌরিবা লুপা অহুগী য়সিদ অমা পীথো।"

ঘোষালনা হায়রকই, "ঐ হেক্তা সই তৌশিল্লগে। নহাক্তা অমুক— "

একাদশীনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, ঐঙোন্দা পীবিরকউ আজ্ঞা, মমিংমক্তা উহনখিগে।" হায়রগা থাতাদা, লুকথহনা মিনিট মথায় অমরোম য়েংহনা নৈক্লরগা হায়রকই, "ঘোষাল মহাশয়, অসিনিদনা, মুক্তা জোড়া অমা ব্রাহ্মণগী মিংদা অমা তৌহনা নৈরি। ঐ থঙদবা নত্তে, আজ্ঞা-ইবুংঙোনা ঐখোয়বু মতম পূরমক্তা শুংশিনা য়েংবিদে।" হায়রগা একাদশীনা থোঙলোমদা য়েংহনা নোকফেং তৌরকই। অহুক য়াম্না মীয়াম মমাংদা মহাকপু করেম্নকপা অসিদা ঘোষাল মমাই কাহংল্লে।

ঋুমিং অচুপী থবক-ইঝাং 'পুষ্পা লোয়রতুনা অপূর্ব্ব মাগী কাংবুগা লোয়ননা শারবা লৈদা থোরক্নে· মতম অসিদা মাগী থম্মোয়দা মথুম-ময়াং অমা হৌরকই। ঘোষাল মখোয়গা লোয়নরক্নি, মহাক্না নোঙ্গুক্না হায়জরকই, "লাইরবগী যুমদা লেংশিন্দুনা ঈশিং অইংবা থজিক্তংদি ফাঙ্গুবিসি।"

অপূর্ব্ব করিগুম্বা বা অমত্তা ঙাংদবা মতুং ইন্না। ঘোষাল মখোইদৌ শ উগংগা কোকত্রি। মথক্ত এক দশী পন্দু।। হ য়রকই, ঙবিরেদনা, মী মচাত্তুগী উংশিংতয়? ইবুংঙো খোয়ঙুম্বা ব্রাহ্মণ-মচানী থুম্না-উফুল তাবদি হৌন-থঙদবা মাগী পুরোল তরা তরুক্কী মরাইবক ফবনি। মহ: হিংচাবনি, অহনা শিকি পৈশা মরি পীহনা চাক্কিবঙুম বিদায় তৌনিংলিবনি।"

বিপিনা হায়রকই, "ঋুমিং নিনিদং ঙাইবিয়ু; হৌন থঙবনা মহাপাপী মাগী খোবী নাপিতকী শীনফম খিংহনা মতিক চানা লাক্লগনি। রাখাল বাবু ঐখোয়গী মরি-মতানি, মসি কাউবি-রোইদবনি ঘোষাল মহাশয়।"

ঘোষালনা হায়রকই, "ঐ ব্রাহ্মণনি। অয়ুক ঋুমিদাং সন্ধ্যা-আহ্নিক তৌদনা ঈশিং কাওবা য়োংতে, মুক্তা অনিগীদমক্তা কন্নাথীনা ঐবু ঈকায়বা পীশিবগে হায়বা উবিরিবহনি। মহনা মাগী অফবা ওইগত্রা? থনবা ফাওবা থমবিরুম্নু। শোক্লকবদা ঈক্লজনগদৌরিবা ঋুপীমচা মাগুম্বনা বামোন-মচানা থক্লবা ঈশিং পুহনা থোকচরকপা শারি, শেল নৈবনা ঙমশিন্নক্লিবসি অমুক্তা থন্দুনা য়েংবিয়ু।"

অপূর্ব্ব ঙসায়মথৈ রা অমত্তা কৈজিন্নক্কে ; মহাক্না থঙাহৌদনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "ঐ হন্নুখিগে ভাই, ঐ ঈশিং য়াম্না থোৱাংগে।"

ঘোষালনা ঙক্ক্না হায়রকই, "কদায়দা হনবিক্লগদৌরিবনো ? অসিদা উরিবসিনি ঐথোয়গী য়ুম।"

অপূর্ব্বনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "অদোম্না মরামসি পুথিক্লো, ঐদি একাদশী অহুগী য়ুংছুমক্তদা ঈশিং থকপা চংলগে।"

"একাদশীগী য়ুমদা ঈশিং থকপা।" মরাম্না ঙক্না মঙেংঙা য়েংনরকই। বিপিন্না মহাক্কী মথুং পায়দুনা অমুক্কং থংজিং চিংলগা হায়রকই, "চংসি, চংসি নুমিং য়ুংবগী মুংশাদা লম্বী মরাইদা অমুক ঠোগ তৌদুনা কাম্নদে। নহাক অহুগুম্বা মীশক্কি হায়বা য়াই। নহাক্কি একাদশীগী মচলনা শেংকপা ঈশিং থঙ্গা ঙমগনি"

অপূর্ব্বনা মথুং কনথংলগা থোঙ্গেল লুম্না হায়রকই, "তশেংনমক মহাক্না পীবা ঈশিং অদুমক থকপা হল্লিবনি। ঘোষাল মহাশয়গী অহুদগী থক্লগা লাকউ, আদাগী উংথোং আসদা ঐ ঙাইরনগে।"

বিপিন্না মহাক্কী অঈংবা অতম্না থোঙ্গেল ঙাবদা তৌকম থঙদনা হায়রকই, "মহুগী প্রায়শ্চিত্ত তৌগদবনি হায়বদি থঙবিদবরা ?"

অনাথনা হায়রকই, "ইঙাও ঙাওরবরা ?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "মহু থঙদে! অদুবু প্রায়শ্চিত্ত তৌবা ঙায়বমু মহু ঈংনা তপ্না তৌবা য়াগনি। অদুবু হৌজিক্ক থাংবা ঙমদ্রে।" হায়রগা মহাক য়ুক্লবা মুংশা মরক অসিদা থোঙ্গপাং য়াংনা থাংদুনা একাদশীগী য়ুম তম্না চংখ্রে।

# রস চক্র

রাজসাহী সহরদগী য়ুবক থরা লাপ্পা বিরজাপুর থুঙ্গং লৈ। থুলক্ষু চাউই,—ব্রাহ্মণ, বৈদ্য, কায়স্থগী য়ুম য়াম্না তাই। অহুবু মৈত্র শাগৈগী অচুম্বা চংগা সাধু ওইবা অমসুং ধর্ম্ম লৈবগীদমক থুঙ্গং লান্দুনা সহর ফাওবা মখিং চংলি। মখোয়গী লৈজরিবা লৌ-ইংখোল অহনগী করিগুম্বা মওং অমদা চাব-থকপা বাংতে হায়রবমখৈদি য়াই, অহুবু মতমদগী চেনবদি নত্তে। অতুম ওইনমক চরাও-কুইম্নচিংবা করিগুম্ব খোঙয় অমতা তোক্কনবগী উপায় লৈতে। ড্রইং রুম য়াম্না পাক-চাউই, লৈরং তাবা চরুবা কুপ্প য়ুম য়াম্না লৈ, দেবীগী মন্দির য়াম্না চাউই; পূম্নমক অহু মতম থুদংমক্তা থম্না লৈ।

অহুবু পূম্নমক থসি কমদৌনা ওইরিবনো? লৈরিব নাচিলং মমাও অহুম্মক্তা শেল তানবনা ওইরম্বা য়াই. ময়াম্না অহল শিররবতনা থুঙ্গংগী জমিদার রাজসরকারদা থক্তবা ফম পায়রি। য়াইমা শম্ভু রতন শেয়ারগী গাড়ীদা কাংহনা শেক্তারী ওইবা চংলি। শুপ্পগী অতোনব বিভূতিরঞ্জন ঈনাক থুনবা মকুবোক্তী খোজাগদগী কলিকাতাদা লৈহনা অতৌব সৌদাগর ওফিস অমদা ফম চাউনা থবক তৌরি। মরক্তা অমগা ইতোন তোনবা মমাও অমগদি অচাং ওইরিবৈদো শিখি, মখোয় অনিগী অহাংবা মফম মত্তনা কঁরমু খোইদে কপা অকায়বা লৈতে।

দুর্গাপূজা লোইখিরা মতুং নিনি শুবনি; প্রতিমাবু কক্লোংনা থনাচন্দুনা কাখল শেমহনা থম্মি,— পাক হেক উদনবনি; মঙ্গলঘট অহুদংদি ওসিন্থু বেদীগী মনাক্তা হাম্নগুম অহুম লৈরি।

হৰিগাগোক মনা ঙসি ফাওবা অহুম ইঙেক ঙেক্লি,— হৌজিকসু খজিক্কা ফাওবা থুইখদ্রি।

অয়ুক্কা মতুংদগী পোষ্টনা লপ্তুবা দৰি মথক্কা ফমহনা মচিন-মনাও মখোয় অহুম খরচ পায়বসুদগী হৌজিক্কা লোইহনবা হাই-ফেংতং পোথ বনা ঙাইৰিনাল্লে, বিভূতিয় কমা হাইকেং নীংহন-ননা চিংনরপ্পা নোকমি-নোকমি তৌশিল্লরকনা হায়রকই, "নোংমা ইনেখোক্কা ঙক্তনা হায়খি, নহাক্কী ঙলবকী শেল পুল্লপ য়ুমদা নয়াম্বগী মমাক্কা হেক হেক থাৰি। মহাক্কা অমুক দৰকার ওইবা খৰা লোহৌৰগা অৰেম্বহ থারক্লি, মসিনা অৰেম্বদা থা থুদিংগী পোষ্টাফিসতা শেল য়াম্না তিংলি।"

ইমুংগী খৰকী খাতা মতম অহু ফাওবা শিবরতনগী মমাংদা হাংদোক্তনা লৈৰি, অতুগা মাগী মিংয়েংসু মহুদা তাৰি, বাখল অমদা ঙাউবগুম হায়ৰকই, "পোষ্টাফিসনা মনি-ওর্ডরগী শেল কৰিগী লোয়োইদগেনে? মসিদা ঙক্লিংঙাই কৰি লৈবগে?"

বিভূতিগী ঈনাক-খুনবী মনেখোক্কা মুমিং খৰনিদগী মচা-ময়াগী য়ুম্বাল-কৈবাল ফগৎনবা মাইকৈদা মিংয়েং চংলক্লি, অসুম্না শিবরতম্না চিংনথা পোক্লকবনি। অতুবু খোঞ্জেলদা মহু কৰিমতা ফোংদোক্তে।

বিভূতিনা মপুক্কিদা খল্লকই, ময়াম্বনা বাকমহু মুখা তাদ্রনাল্লে, অহুনা অমুকসু খৰা ময়েক শেংনা হায়রকই, "অকোয়, মহুৰি হায়বা য়াই। অতুনা মহাক্কা তাকপি, তাচৌগী দৰকার ওইবা শেল অহুদং গুপ্নগী—"

শিবরতনা মমাই খাংগৎতুনা য়েংলকই ; হায়রকই, "ঐগী দরকার ওইবা শেল মশীং নখোয়না কররম্না খঙগদগে ?"

মন্নাবগী অচুক চম্বা অঙীংবা মাইখোং উবদা বিভূতি মখোয়না লৈরক্লে, মন্নাক্না হরাওদুনা হায়রকই, "অহোয়, অচুম্বনি, অহুনা ভাচৌগী চিঠিদা মচুগী ইঙ্গিত খজিত্তুং পীবিরক্লবদি বাজে-খরচ অসি চৎলোইদবনি হায়না মহাক্না তাকপি।"

শিবরতনা মাগী হিসাবকী খাতাদা অমুক হন্না মিংয়েং থম্লগা হায়রকই, "মথোন্দা হায়রু, ভাচৌনা মসিবু বাজে খরচনি হায়নস্থ খল্লে, চিঠিদা ইঙ্গিত পীবস্থ দরকার ওই খল্লে। যোগীন, হিসাব হায়রকউ।"

বিভূতি মাইখোং মকশিন্না চপ মুংনা ফমদুনা লৈঙ্গে অমস্থং ময়াম্বা য়াইমা শতুগী লুবখরিবা মাইখোংদা মুন্না য়েংলুরগা মখুংতা পারিরিবা পাউ-চেদা মপুক্লিং খিংজিনঙ্গে।

ফনা কুইরবা ফাওবা কনাস্থ বা তাংদে— থনঙবদবা অচিকপা অমনা কাচু থনখ্রে। অচুবু মসিগী অর্থ খঙবা তারবদি মৈত্র শাগৈ অসিগী মরমদা অমুকস্থ হেন্না মরেক শেংহনবা দরকার ওই।

বিরজাপুর অসিদা মখোয় মীরোল তরেং-নিপালগী মমাংদগী লৈরক্লবনি। কা কয়া কয়া থুগায়রগা শাগৎখ্রে, কা কয়া কয়া তপথোকখ্রে। অচুবু মহৌশাংগী লৈরক্লবা চাকলঙ অচুদি ঙসিস্থ মহৌশাগুম অমখক্তা অনি শুদনা লৈরি। করিগুম্বদস্থ মচুবু খাজিন্নবা অমস্থং করিগুম্বদস্থ মচুদা অমমুক তপথোকপগী কন্ননা কাওবা তৌনরক্তি। ইমুং অসি মতম চুম্বদা পুন্না চাই, মতম

চপ্পদা অহল অহুনা য়ুরুবেল ওই ওইহুনা মপূন্সি লেনখি — মধক্কী অহল খুদিংমক্কা মমাগী কনানা করিগুম্বা মুমিংতম্রু বাহং হংনবগী তাঞ্জা ফাওবা ফংদে।

ইমুং অহুগী ভুসি অহল ওইরিবা শিবরত্ননা নমাও অতোম্বগী অরুবা রাকমগী পাউখুম ওুপ্পগী দরকার লৈতে হায়রুনা লৈথোকখি, মতম অচুদা ঈনাক খুনবা মকুবোক-নমেম্বোক্কী শাখিনা শাউরকই, মাইথোং থম্মোদা উরক্তুনরু য়েংনবা অহু খজিক্কং ফাওবা শাংবহনবা তোংনবা বিভূতিনা ভুমাংখদে।

মীনাইনা হিদাক পীরমে, শিবরত্ননা শাতা থুমজিন্নগা মহু বাক্লিদা হাপচিনখ্রগা থোইদেক্না ত্থপ্প-ঈনা হিদাক থক্না-থক্না হায়রকই, "নথোরগী ছুটি মুমিং কয়ানি লৈরিবগে?"

"আজ্ঞা, তরুক্কি।"

শিবরত্ননা মপুক্কিদা হিসাব তৌরগা হায়রকই, "অদু ওই-রবদি ঈরাই মুমিংতো নহাক চংননবা তৌবা তাই ওহলে।

বিভূতিনা থোঞ্জেল ত্থপ্পা হায়রকই, "অহোয়! অহুবু কম্মক মরক অসি থবক য়াম্না চিল্লি, অদুনা— "

শিবরত্ননা হায়রকই, "অহুদি ফরে। নত্রগনা মুমিং নিনি মাংজোননা চংলো। দেবীগী মনাইনি—মুমিং-থা য়েংলুবগী অমুক দরকার লৈতে,—পূমমক অফবা মুমিংনি। অদু ওইরবদি হংচং য়ুমখৈকশদা চংলো, করি হায়রবগে?"

বিভূতিনা হায়রকই, "কনি আজ্ঞা, মদুম্না তৌজরগে।"

শিবরতন্না ভাইহাক অমুক তুমিন্না হিদাক থরুগা নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "মো অতে স্বামী মকমদা য়াম্না ঙৈথাইরবনি। খোৎখিবা চহিদা মক্তোম্দা মথং অমদা হায়দোকপ্রবনি, চহি অসিদদি মাবু ছুরুটি পীগনি,— হৌজিক মপামদা মহাকপু পুজা য়েংহনবা চংহনগনি। অদুবু নুমিৎ অদুক্কী মতিক নকশিল্লকপগা লোয়নবা চিংনবসু অদুক্কী মাতিক হেল্লকই, মহাক লৈত্রবদি থবক ইখাং পুম্নমক মফম-নাম্বাং থঙলরোই, পুম্নমক মঙঃ চারোই। মীওক-মীগাবা কে, মাইকৈ খুদিংমক্তা মাগুম্না য়েংশিনবা ঙমগদবা অতৈ কনা লৈতে! অদুক থবক চিল্লবা, অদুক চরাংনবা মরক অদুদা মহাক্কা থত্তুনা উদে নত্রগা কাথোকলুরে হায়বা বাকৈ অমত্তু তারকত্রি। অতৈ মতমদদি মো অহনগ মো য়াইমগনা ইমুং পুবা ঙমই, অদুবু অচৌবা থবক ইখাং তৌরকপা মচুংদদ এখোয়গী মো অতোপ্পা লৈতে থল্লুবতদা খোঙ খুং পত্থরকই,— করিগুম্বা মঙংদসু থাংবা ঙমদে।" অসি হায়রগা সুংশিবিবনা চাক-বিবনা মাইথোং লংথত্না মহাক্কা অমুক তুমিন্না হিদাক থক্লকই।

মহৈহসনা মো অতোপাবু খোইদে ক্না মিচং থরা চংই, মসিগী মরমদা ইমুংদা খরৈ-নৈনৈ, অদুদা নত্তে কল্লকুবগী ভাব অমসু লৈরি—মো অহনবা শাউদুনা মরক মরক্তা মতু শেংনা মপুরোইবদা হায়বকপা য়াউই; অদুগা মো য়াইমনা মরুপদা তুংদা অসিগুম্বা বাফম ফাঙবা শন্দোকপদা মিংহন্নবা লৈতে মদুদি, মো অতোপ্পা গুণগী অচৌবা ইমুংগী মিংতোলনি হায়দুনা লুনা তৌরিবনি। অদু নত্রবদি ইচেগা এন্দনা থা তারামাখোই চুপ্নদি য়ুম পুবা ঙম্মগা

পূজাগী থা অসিমদংদি করিগী পুবা তম্লোইদৌরিবা ! অচৌবা ইমুংগী নিঙোল য়াউরবদি দেবী পূজা তৌবা তাকপা তারবরা ?

অসিগুম্বা মচিল থৌরবা ত্তেন মতম চানা মকম চানা থুংলে, অদুবু শিবরতন খজিক্কা থোঙকম লেংদে, করিমত্তা থুমদে, গুপ্নী থোঞ্জেল থোক্তনা হাইফেংতং নোকফেং তৌরকই। বিভূতি শেল য়াম্না তাল্লি, মহাক পা তবানিথোই কলকাতাগী ভাড়াগী য়ুমদা লৈবা তাট মরম অসিনা মৌ অতোপ্পী মফমদুদা লৈতবা গুপয়া য়াদে। বাকম অসি মহাক্কি থংই, অদুবু খঙশিন্নরবা কাংবু অদুনদি করিগুম্বা মঙ দংদু মদু যানিংদে। মথোয়গী মরক্তগী অমদি ইমুংগী থবক-ইঙ্খাং গুংনোম্বগী থায়দোক্তুনা চহি চুপ্পা লৈরক্লি। গুপ্নী দেবীগী পূজা মতমদা থঙহৌদনা নোংমা শং লাক্লগা দায়িত্ব পূম্নমক লৌদুনা ঋশিল-অরাং শাদুনা পূম্নমক মথুংমক্তা শিন্দুনা মদু অপনবা লৈতনা লোইশিল্লগা ইমুংগী অমত্তুং মীগী থাগং-বাহৈ পূম্নমক পূদুনা হেক্তা চংখি,—মহাক লৈত্রবদি করিমত্তা তৌবা তম্লোইদব-গুনই, পূম্নমক মঙং চারোইদবগুমই, মীগী মাইথোং অমত্তুং মিংকী ইঙ্গিতশিং অসিনা দুর্বীশিংগী খশ্নোয়বু তশেংনা ওমচাক্লহল্লবনি। থবক-ইঙ্খাং লোইশিল্লকপদা মসিগী মরমদা চহি থুদিংগী থরমথৈ থংবা-চৈনবা থোক্তবা মরেক্ত্রে। মরু ওইনা মমা ওসিস্থ হিংলি অমত্তুং ওসিস্থ মহাক্কা য়ুম্বুরেম্বা ওইরিবনি। অদুবু চহি থোইদোক্লা য়াম্লবনা মীগী অরান-অচুই য়েংদুনা তাংবা-থোংপা চৈ-থাংবগী থবক অদুথক্তং মথুংতা থম্লগা য়ুম্বানবগী অতৈ থবক পূম্নমক মহাক মশানা য়ানিংনা মৌ অহল অমদি মৌ-য়াইমগী মথু ংতা

শিঙ্গথোক্কনা নিংজাইদনা লৈরে। মক'ক্কা মৌ অতোপ্পৈবু লুপন্না য়ানিংদে। মহাক মশক ফজে, মহাক অচৌবা ইমুংগী নিংজোলনি, মহাক্কী মরিক-মথোল মফি-মরোল দরকার ওইবদগী হেন্না লৈ, মহাক ইমুংগী থবক মকুপ-মত্র নোপ্প' যাউরে, মহাক চিঠি ইবা ঙমই, চাউথোক্কনা মখোঙ লৈবাক তারে, অসিমচিংবা বাকৎ থা তরামাথোই চুপ্পা 'কপ্পুনা তারকপন' মথৌ অসিবু য়ানিংদবনা মাগী থম্মোয় ফুল্লকই ; অদুনা মতম কুইনগী তুংদা মমৌ অম য়ুমদা লাকপা মতমদুদা মহাক থৌনৈতনা চংলকপগুম মজোল্লা কাওই।

ওরাংদগী বাথোক অমা থোক্লি মতুদি, থরণী সাগুলথোয়গী য়ুংগী সুপীশিংগী সন্দেশ য়ামদনা পীদি, য়ামদনা পী প্রবসি মথোয় লাইরৈ হায়দুননি। আথবা নিংচৎ অসি গুপনগী ঋজুদা লত্তে, মতু সহর লাম্থোক্কনা বিলাত ফ ওবা য়ৌগদবগী তোমাল্লে,— লুংজাইতবা পাউ অসি য়ুম্মুরথোনা আহুক তৌদুনা ফাল্লৈদা তারে। মতম অমুদা থৌদোক অতু পুং কুম্ফানিথোই হোপ্রবনি,— মালা চৎপদা থোইদোক্না ঙকায়বা ওইহল্লে, অদুবু লাংগ-শক্লবগী লোইবা নাইদে। মৌ অতোপ্পানা মহাক মপাবু অচৌবা ইমুংগী নিংজোলনি হায়দুনা চাউথোক্কনা লাইরবা ইমুংদুবু ঈকাইবা পীবান কায়বা অসিদা কনাগুম চিংনবা পোক্লরে। মৌ অতোপ্পী বা মহাক অসি তুমিন্না তাদুনা থাংই মতুদি নত্তে, মমক মরক্তা মহাকসু থুমই, অদুবু মহাক্কী করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা হকথেংনবা মনে-বেক্কী মনাকোং য়োদে, পাউথাং ওইনা য়োই। অদুন' মহাক্কা

হায়থিবন্থ মী অমদগী মী অমগী মাকোং য়েৌবদা লৈসি-লৈথোক কয়া য়াউত্তুনা মশক-মওং পূমনোং হেংলে, ঈথক অচ্ছ পাক লেপ-হনবা কঁনাস্থ পামদে। ঙসি অয়ুক্কো ইমুংদা কিভম অসিনি—সান্ন্যালগী শাগৈগী সন্দেশকী বাথোক্কী মরি লৈননা মৌ অতোপ্পাগী মরমদা থম-লৈনবগী লাঙ্গাও থোক্তি, মতম অসিদা মপান্দা শিব-রতন্না মৌ অতোপ্পী অচুমকপু থোক্কেন হৌনা থাগংলি।

শিবরতন্না হায়রকই, "য়ুমশৈকেশদা ইনাও মুপী অতোপ্পীবুসু পুবিয়ো। ঐখোয়গী মুপীমচা মুমিং থরনিপা অমুক লৈথরবদি—পূম্নমক মফম মফম চানা লোইশিন-থমজিন্দুনা ঐ চহি চুপ্প বানিংঙাই লৈরয়োইদ্রংনি; থবং পূম্নমক অসি অতোপ্পা মৌ অমত্তনা অচুম্না মওং চানা শিংবা ঙম্লোই,— অচুবু করমদি তৌগনি। পূম্নগা মুমিং মবা-ভয়ানিদংদি মমাগী মনাক্তা লৈকল্লু, অদু ওইরবদি মুমিং থরনি মনাও মুপীশিংগা নুংঙাইনা লৈমিন্নজগনি বিভূতি, নত্তগী লৈকমত্থুদা থুদোংচাবদি কাঁয়মত্তা লৈত্তেদনা ?"

বিভূতিনা হায়রকই, "লৈত্তে তামো, থুদোংচাদবা কয়িস্থ লৈত্তে।"

শিবরতন্না হায়রমই, "করে মচুম্না তৌরো। মৌ অতোপ্পা য়ুম থাদোক্তুনা চংথিগনি খল্লুবতদা ঐগী নিজয়াগী অবাব থোইনা কেনগংতুনবগুম ফাওই,— অচুবু অমুক করমদি তৌগদগে! পূম্নমক দেবীগী অপাম্বনি। চহি চুপ্পা ময়ামসিগা লোয়ননা লৈমিন্নবা—" হায়রগা দুংশা মপী অমা শাংনা হোন্দোরকই,

অহুগা করিরো থর চায়গদবগী কৌরকপা ম'ক্লি, অহুবু থংহৌদনা মখোয় পূম্নমক তশেংনা চৎক্রগ্র।

অংল ওইরবা মমা কপম-কপনা লক্কুনা তশেংনা মখোয়গী মমাংমক্তুদা লেপ্লরে। শিবরতন তৌফম থঙদনা হিদাকফু থম্লগা হোৌগৎলক্লে শম্ভু অমসুং বিভূতি মখোয়সু মন্নাম্বা অচন্নগা লোয়নবা কৌগৎলক্লে। মমানা কপমা-কপনা হায়রকই, "শিবু, ঐগী গুরুদেব পন্দুনা বাশক্রিবাসিনি, নঙগী য়ুমসিদা ঐ অমুক ঈশিং কাওবা য়াঙোল তংলরোইদবনি, করিগুম্বা মসিগী বিচার তৌব্রবদি। ইমো অতোম্বী অচৌবা ইমুগী নিঙোলনি, মানা ভসি ঐঙোন্দা খোঁউপ লংঙক্কনা ফুই।"

মাংদা বড় তারবস্থ অমুক হাক্না চম্মক্লগনি লিংলে। বিভূতি কিমনা কাহংল্লে, শিবরতন হকপনা জৌকম থঙলক্লে হায়রকই, "মো অতোম্বী। মসিবু করিগুম্বদা ওইখোক্লপা মাবরনে ইহ?"

মমানা অহুম কিক হৈবা খোন্থাংনা হায়রকই, "ওইখোক্লবসু কাম্নদে ইবুংঙো, মাদি মো অতোম্বীনিদনা। অচৌবা ইমুগী নিঙোলনিদনা। মহু ওইনিংবা ওইজরসমু, গুরু পন্দুনা বাশক-খ্রবননা য়ুমদা থরজুনা কৃষ্ণবী নমাবু অমুক ফুংগল্লগসু ইবুংঙো, ভংশমক কাশীদা থিনবিরো। মখোয়গী চরণদা চংজকম লোবা চৎচঞ্জগে।"

উনা-উনা নুপী অঙাং মীনাই-মীশলনা মকমহু কুক কুক ইম্নরক্লে, শিবরতন্না মাগী অঙাং ওইরিবা মচানুপী গিরিবালাদা য়েংদুনা হায়রকই, "করি তৌরহগে গিরি, নঙ থঙবরা?"

গিম্বিয়ালানা মঙুক নোমহুনা হায়রকই, "থুডই বাবা।" অসি হায়রগা মহাক্না সাগেৎলম্‌খোয়গীদা সন্দেশ থগ্না য়াম্মদনা পীখিবগী য়াইঙ মরিক চুম্না তম্লগা হায়রকই, "অবোক্না ইন্দোমচাদা য়াম্না থাংবি-চৈবি বাবা।"

শিবরতন্না হায়রকই, "মহু দমীদি ?"

মচানুপীনা হায়রকই, "ইন্দোমচানা মখিং উইশিদুনা য়াই শিংলি, মমাংদা থুবাক্তোনগী খোঙউপ জোড়াহু লৈরম্লহুম। মহু মখোঙনা থোক হেক কাওক্লবতনি।"

শিবরতন্না হংলকই, "মহুগী মথাদি ?"

গিরিনা হায়রকই, "খোঙউপ নাম্না শিংতুনা চংখিদুনা অবোক্কী মখোঙ ময়াদা তাকই।"

শিবরতন্না শুপ্নগী অহুম্নদা হায়রকই, "হুঁ।" মমাদা য়েংতুনা হায়রকই, "ইমুংদা চংবিয়ো ঈমা। মসিগী বিচার করিগুম্বা তৌদ্রবদি মতমমতুদা কাশীদা চংশিয়ু।"

মম্নাম পুম্নমক অমমম তপনা তপনা চন্দোক্লক্লে, শুপ্নদগী মচিল-মনাও অহুম মকমহুদা চপ য়ুংনা ফমতুনা লৈ। মীনাইনা হিদাক পিরম্লগা চংলে, অদুবু মহু মতোমতা অহুম চাক্ত্না লৈ; শিবরতন্না শোকনুদে। চাউরাক্না পুংথায় অমরোম মতৌ অহুম্না তুমিন্না অহুম্না লৈক্লবগা মমৈথংদা মমাই নোনখৎতুনা হায়রকই, "বিভূতি ?"

.বিভূতিনা তৌফম থঙদদা থুম্নকই, "আজ্ঞা।"

শিবরত্ননা হায়রকই, "মহাক্কী মুপীবু দণ্ডি পীবা মওনা মতুনা অতৈ মগামন্তু পীনববগী অধিকার লৈতে।"

বিভুতিনা চিংনববা থুমদংনা খোঞ্জেল পিদুনা হায়রকই, "তাকপিয়ু।"

শিবরত্ননা হায়রকই, "খোঙউপ অহু মহাক্কী মুপীগী মকোক্তা হাপকৎকদবনি। মঙোল মঙাইদা মহু কোকথোংনদুনা মুমিং চুম্না লেপ্তুনা লৈহনগদবনি। নঙোন্দা ঐনা য়াথং অঁস পীরবনি।"

য়াথং তাবদা বিভুতি কোকচাউবা কাপ্রে। মহাক্কী মনেম-মকুগী মাইথোং, মপেল-মবাইগী মাইথোং, মীনাই মীশল, মুপীগী মাইথোং, পুম্নমক অমুক্তদা চপ মান্ননা উরক্লুনা মথয়ায় মুংচাই-তবনা মমাই কাহংগ্রে; মহাক্কা ফাজিনবা খোঞ্জেলনা হায়-রকই, "অহুবু তাচৌ, মরালগী বিচার তৌবিয়ু—"

শিবরত্ননা খোঞ্জেল ঈংনা হায়রকই, "ইমানা থোইদোক্না ঈকাইবা মংই হান্ননা লৌরি, মসি নওন্ন উত্নিবনি। মহাক্কী মরাল করিনো, মরাল কদায় ফাওবা লৈবগে, বিচার অসি ঐনা তৌবা ওম্বা নত্তে। ঐনা বিচার তৌবা ওম্বা মথোয়গী মফমদা ঐনা য়াথং পীরবনি। হৌজিক করি তৌগদগে মহু নওনা খঙলিবনি।"

বিভুতিনা হায়রকই, "তাচৌগী য়াথং পুন্সি চুম্না কোকথোং-নজরক্লিবনি, করিগুম্বা মুমিংতন্তু ইনৌং তৌজরকত্রিবনি। ওসিন্তু মহুমক ওইগনি, অহুবু—"

অহুবু হায়বসিদগী মহাকন্তু মথা তাথবা ওমাগ্রে, শিবরত্নন্তু মাইথোং লুকচায়না তুমিন্ন ফমদুনা লৈ।

বিভূতি ভাইহাক তুমিন্না কখল্লা ময়াম্বগী মকখগী কবিগুম্বা থম্মা আশা তৌহল্লা লৈবা মাল্লি। অহুবু ইংগ্রেজ অমত্তা কংগ্রেল্লা মহাক্কা হৌপংলগা হায়রকই, "ভাহৌ, ঐ চংচরে—" অদি হায়-রগা মহাক ভপ্পা ভপ্পা ইমুংলোমদা চংশিনখ্রে।

শিবব্রত কবিগুম্বা রা অমত্তা ভাংদে, অহুম মাইথোং লুক্রম্বা লেংদনা কয়ঙ্লা লৈ। পূজা তৌবা ইমুংনি, ভসিল্লু মরি-মত্তা, মীতোপ, ভাই-শেল, লৈকাইগী মুপী-মচাং, মীরাই-মীশল থম্মা লৈরি। পূম্মক অসিগী মথাংদা মহাক্কা মথম্মন্দগী চেম্মা পুমা তৌজবী মৌ অতোম্বী অহুমকপু অহুক শাথৌনা ঊখংইবা শীবং, অহুক শাথৌবা দণ্ডি শীবা কমদৌনা ওইথোকপা য়াংগচপে চায়বা মহাক মশামকত্তু থজবদা লাম্বা ফংদে। মহাক্কী শুকথিরিবা মিংলুপগী শারবা শীরাং মতুম মতুম লৈমায় 'থক্তা তপ-তপ তারক্ল— অহুবু 'বিভূতি' চায়হল্লা অমুক্তা কৌশিল্লে। শুগ্নতগী মপুক্কীদা থম্মোয় কাপ্পনা হায়জরি— অহুবু, অহুবু ইমানিনে! ইখংনিনে! মহাক ঈকাইবা নংলবনিনে!

# অভাগীগী স্বর্গ

## অমা

ঠাকুরদাস মুখোপাধ্যায়গী চহি যাম্নবী মুপী মুনিং তরেংনি নায়কপা শিখ্রে। অহল ওইরবা মুখোপাধ্যায় মহাশয় কৌনি কারবারদগী খোইদোক্না অচৌবা মী ওইখিবনি। মহাকী মচানুপা মরিনি, মচানুপীনা অহুম্নি, মচানুপা-মচানুপীশিং শুম্না মচা পোক্লে। মমহাকশিং — লৈকাইগী মীয়াম, মীনাই-মীশল — মচু উৎসব অমগুম থোকখ্রে। মচানুপীশিংনা কপ্না কপ্না মমাগী মখোঙদা থাপ্না আলতা য়েক্লক্লে অমসুং শিংথ্রেংদা সিন্দুর হাপ্লক্লে; মমৌনুপীশিংনা নাইবক্তা চন্দন থিনবিরগা মথল য়াম্লবা ফিজোলনা মনেখোকী হকচাংবু লৈতেংবিরগা মফি কিজিনা অরোইবা ওইনা মুয়া-উকুল তৈথোকতুনা লোনবে। লৈ মথল কয়ানা, উনাবা, মনম মুংশিবনা, লৈ পরেংনা, মীনিলনা মসিবু অবা-অনাগী খোঙোক্নি হায়বা পুক্নিংদা থাজবা ওমদে — মসিদি অচৌবা ইমুংগী মুন্সুরেমবী চহি য়াঙ্খেগী মতুংদা অমুক হন্না নৌহৌননা মহাকী মপুরোইবগী ময়ুমদা থিনবগুমই।

অহল ওইরবা মুখোপাধ্যায়না মাইথোং ঊংনা মহাকী পূর্নিগী লোয়নবাবু অরোইবা বিদায় পীহুনা লোম্না মপী তৈথোক্লপা কাম্না মৈপা লাংলবী মচানুপীশিং অমসুং মমৌনুপীশিংবু থেমজিন্নি।

হরিধ্বনিগী হোৎবা খোজেলনা অমুকী অতিয়া নিনহন্দুনা খুনং হুম্না ভুং ইন্দুনা চৎলি।

অমুগা কনাগুম্বা অমত্তংদি খরা লাপ্তক্লা লৈদ্রুনা কাংবু অমুগী মতুং ইল্লি, মহাক কাঙালীগী মমানি। মাগী থাংগোকশঙগী তুমাংদগী থামেন খরা হেক্রুগা লম্বী অসিদা কৈথেল কারকপনি, দৃশ্য অসি উবদা মহাক অমুক লেংবা ঙমখিদ্রে। কৈথেল কাগনি থঙখিদ্রে, থামেন কিজিদা পুন্দুনা অমুম লৈরে — মহাক মপী তৈথোক তৈথোক্লা খ্বাইগী মতুংদা যোংকম য়োৗরক্রে। খুঙংগী চিদায়দা গরুড় তুরেল ভোর্ব্বান্দা যোংকম লৈ। মফম অমুদা অয়ুক্তগী শীং, ঘি, থোইহি, ধুপ অসিনচিংবা পোৎলম পুম্নমক লাংহুনা থম্লি। কাঙালীগী মমা জাত অতোনবীনি, হুন্দে মিতোলনি হায়হুনা মনাক্তা চৎলুনবগী মথোনা লৈজদে, লাপ্না লৈগোপুং অমদা লেপ্তুনা পোৎলোইবা হোৎবদগী মপুক্লিং চৎনা মুম্না য়েংলকই।

নিংথিদা শেম-শাম্রবা চিতা মথক্তা অশিবা হকচাং থাংগৎলব মতম অমুদা মহাকী তাংলবা মথোঙ অসি উবদা মাগী মমিৎ অনিমক কুপকনি থঙখিদ্রে, চেনশিন্দুনা অলতা বিন্দু অমত্তং লৌরগা মকোক্তা হাপ্লিংলকই। থোজেল ময়ামগী হরিধ্বনিগা লোয়ননা মচাম্নুপানা লখুংতা পায়রিবা মন্ত্র পোম্লবা মৈ চুরকপা মতম অমুদা মহাকী মনিত্তগী পী অম-র শিন্থরক্রে, মপুক্লিংদো হম্না হম্না হায়জরকই, লাইবক কবী ইমা, মহাক স্বর্গ কান্নি— ঐভোন্দম্ব আশীর্ব্বাদ ভৌথিরমউ, ঐহু মতৌ অমুম্না কাঙালীগী

নপুম্বা মৈয়্দং কংজবিংই। মচানুপাগী মপুংবী মৈ। মচুগি অচম্বা বাকম মত্তে। মপুরোইবা, মচানুপা, মচানুপী, মতনুপী, নীনাই-নীপল, মরি-মতা — সংসার পুম্নমক থাইকহল্লবদুনা স্বর্গ কায়িবাসি উবদা মহাক্কী থম্মোয় ফুংগংলক্লে — লাইবক কনা। অনি কংজনগী হায়বসি অবেপ্পা লৈত্তে।

মৌতিক নিংথিনা চাক্লবা চিংতাদগী থৈথু মন্নাম শংলৈনবা মচুগা লৌয়মনবা লৈ লৈহুনা অচিপ্পাদা পায়খংলি, কাঙালীগী মমাগী মহুমক্কী মচুংদা পিক্লবা দোলাই অমখক্কী মশক মরেক শোমদি উবগদ থৌরকই। মচুদা লাই কয়া য়েকশ, মচুগী মতোন্দা লে অমমুং উবা ঙাম্মা থেংলি। মচুংদা কনাগা অমা থম্লি — মহাক্কী মশক থগ্গবা লমদে, অহুবু মহাক্কী শিংগ্রেংদা সিন্দুর সাংবা চিংই, মখোঙ অসিমক আলতানা মচু শংলি। নোংখক্তা য়েংখংহুনা কাঙালীগী মমাগী মিংজ্লু নাপোম অনিদগী পীবাং শিন্থুরি। অসিগুমবা মচম অসিদা চহি তরামরি-তরামনাগী হুপাগচা অমনা মহাক্কী কিজি চিংহুনা হায়রকই, "কৈদোবা লেপ্লিবনো ইমা, চাক থোংলরোইদ্রা ?"

মমানা চঙ্ক্লনা হন্না য়েংলগা হায়রকই, "থোংনিরে।" খল্লহোৎনা নোংখক্তা মথুং খিন্দুনা লাতক্লবা থোক্লেপনা হায়রকই, "য়েংউ, য়েংউ ইবুংঙো — ইমা-ঠৌরাণী দোলাই অসিদা তোংহুনা স্বর্গ কায়িরবনে।"

মচানুপানা চক্লা মমাই থোকখংলগা হায়রকই, "কদায় ?" তাইতোক কোইরেং য়েংলগা হায়রকই, "ইমা তাওরে। মসিদি মৈথুনি।" শাত্তুনা হায়রকই, "হুমিং হুংবা মচুং ওইরে, ঐ

মথং মথং মচনা ফৌগ্গন লিথরকই। মহাক পোৎখিবা লৈতে, ফেজা ফৈতে, কাঙালীগী খগ্যোংনা-হকচাং হুম্না হুম্না লিক্লকই। কিবনা চিংনবনা মং.ক্লা ওত্তনা মমাগী ভকপথদা চেক্কেং কোম্নুনা মমাগী পুক-মুংদা তীনখিবা পাম্বওমই।

মপান্দা মুমিংকী মড়াল শামজে, মুমিং তাজে, সক্ক্যাগী বাওথাংনবা মাল্লি মল্লিবা মায়া মমশিন্নকতুনা চংথোক চংশিন্দা লপনবা পীরক্লে, অহুবু ইমুংদা ওসি অমুক থাউবৈ চুথংলে, মুখানবগী অরোইবা থৌদাং পাংথোক্লবা কনাম্বু হৌগৎলকলে, শুক-ত্তনা অমম্বা মরক্তা নারবী মমাগী অয়েক্লা লৈতনা থোক্কেলহু তুম্মিন্না তারিব' মচান্নুপাগী মনাকোংদা অমূত বিকপওম থোকই। মহু মোংকম অহুগী তাডাংলবা থোক অনি অহুগী, মহাক্ন: স্বর্গদা কাখিবা অহুগী পাউদম্লি। অমদোনা কায়ন-মৈশা লাংলবা মপুরোইবনা অরোইবা খুম্না-উফুল পীদুনা কম্না কম্না বিদায় পীখি, অমমতোনা হরিধ্বনি তৌদুনা মচান্নুপাশিংনা মমাবু থাংদুনা পুই, অহুগী মতুংদা মচান্নুপাগী সখুত্তগী মৈ। মৈ অহুগী অচম্বা মৈ নত্তে কাঙালী, মহুদি হরিবুনি। মহুগী অত্তিয়া শকপা মৈথুহু মৈমু নত্তে ইবুংঙো', মহুদি স্বর্গগী দোলাইনি। কাঙালীচরণ ঐগী ইচামিচনা।

"কবিগীবো ইমা ইমা?"

"মহুগী নথুঙগী মৈ কংজবদিনে মুপাঙচা, ইমা-ঠৌবাণীগী মথোৎতম ঐহু বর্ষ কাবা কংগনি।

কাঙালীবা শেংকোক্তবা খোঞ্জেলনা অমুমদা হায়রকই, "মহুম্না হাত্রবা চৌবদে।"

মমানং বা অসি তাবরমদবা য়াই হায়না নিংই, অপাবা চুপা মপী চোম্নোঃক্লগা হায়রকই, "কাত অতোনবনি হায়রুবনসু মতম অহুবদি অহুম ওইনমক কনানসু হজোইবোই —লাইরবীবি হায়রুবা কনানসু ইথোকহুনা থম্মা তরোই। ইস। ইচানুপাগী বহুবনী বৈ — মোলাই থারকপা তাবনি।"

মচানুপানা মমাগী মমাই নক্না মক লুকথবগা য়াম্না মথবাম খংঙাইতনা হায়রকই, "মহুম্না হায়রগনু ইমা, হায়রগনু, ঐ য়াম্না কিরক্লে।"

মমানা হায়রকই, "অহুম্না য়েংঙোই কাঙালী, নঙগী বাবা অমুক্তা কৌক্লগেম্না, মতৌ অহুম্না খুয়া-উকুল ইকোক্তা হাম্নিহুনা ঐবু বিদায় পীবিয়সু। অহুম্না খোঙদা আলতা, শিংরোংদা সিন্দুর — অহুবু কনানবু হাম্নিরগদগে? নঙ হাম্নিগেম্না — নঙ্গবে কাঙালী? নঙনা ঐগী ইচানুপানি, নঙনা ঐগী ইচানুপীনি, নঙনা ঐগী পুন্নমক্কি।"

অসি হায়না হায়না মহাক্না মচানুপাবু মথাদা চেংকেংনা কোনশিনখ্রে।

কাঙালীনা কপুনা হায়রকই, "নঙ গুলিদি চাখিদনা ইমা, লৈরংদা হুনজিনথি। মশানা অহুম ফজরকপা কনা য়াউবগে ?"

"ঐদি মশানা অহুম ফজরকনি। মতুংগী শরুকপুদি নঙ চাক চখোম অনিদং থোংলগা ঐগী মাংদা চারো লাও।"

কাঙালীনা মসিনা অহানবা ওইনা মাগী তপঙ তপঙনবা মথুং অহুনা চাক থোংবা হোংনরকই। চফু মহি চিথোকপা হৈতে। নিংথিনা চাক য়াইবা হৈতে। শীং চাকহনবা হৈতে — লৈরং মনুংদা ঈশিং তাহনা লৈথু থুরকই; চাক থিবদা মথাদা ইচাই চাইনা তাই; মমাগী মমিত্তা ঈশা চেল্লক্লে। মশামক অমুক্তং তোগৎনবা হোংনরকই, অহুবু মকোক পুবা তুবদহনা ফমুংদা তুশিনক্লে। চাবা লোইরবদা মচানুপাবু মনাক্তা কৌশিন্নগা করি তোরগা করি তৌগদগে হায়বা নিয়ম নাইনা চাক থোংবগী মরমদা পাউতাক পীরকপদা মহাক্কী শোল্লবা থোক্লেল লেপক্লে, মমিত্তগী অতং অথম লৈতনা পীরাং শিন্থরক্লে।

থুঙংগী ঈশ্বর নাপিত মিহুল-কাংলোম য়েংবা হৈ, থংনবা নুমিৎকী অয়ুক্তা মহাক্না থুদাং-মিহুল য়েংলগা মশামকী মমাংমক্তদা শকফম হজিনক্লে, নুংশা মপী হোল্লকই অমসুং মমৈথংদা মতক হাইহনা হোগৎলকই। কাঙালীগী মমানা মসিগী অর্থ খঙলে, অহুম ওইনমক মহাক কিনা লৈতে। ময়াম চংনরবদা মহাক্না মচানুপাদা হায়রকই, "হৌজিক অমুক্তা মাবু কৌরুবা তমগদ্রা ইবুংঙো ?"

"কনাবুনো ইমা ?"

"আদাগীহুবুনি — অঙোমগী থুনদা হোংখিবা —"

কাঙালীনা থওলহুনা হায়রকই, "বাবাবুরা ?"

অভাগী তুম্মিন্না লৈ।

কাঙালীনা হায়রকই, "মহাক লাকউ য়াম্নক্লরে ইমা ?"

অভাগী মশামকন্থ খোইদোক্না চিংনম্নিবনি, অদুম ওইনমক থপ্না তপ্না হায়রকই, "চংলগা হায়রু, ইমানা ওপ্নগী থুমা-উফুল থজিন্নুং পামল্লে।"

মহাক্না মতম অমুমক্তদা চংকদবগী তৌরকপদা মমানা মথুং পায়দুনা হায়রকই, "থরা কম্না হ য়জ-নোংঙ্গরকউ ইবুংঙো', ইমা শিগদোরে হায়না তম্মু।"

ভাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, "হল্লকপদা অদুম ন পিত-ইনম্মদগী আলতা থজিক্না নিদুনা পুরকউ কাঙালী, ঐগী মিং পনবতদা মহাক্না পীরক্নি। ঐবু য়াম্না নুংশিবিবনি।"

মহাকপু অমাম্বনা নুংশিবি। মারকপদগী হৌনা মমাগী মফমদগী মহাক্না পোং থরা অসিগী বা কম্নক হম্না মওং কয়াদা তারক্লি, অদুনা মহাক মফম অদুদগী হৌনা কপ্না কপ্না খোরকই।

## মরি

মথংগী নুমিত্তা রসিক দুলেনা মতম চানা থুংলবা মতম অদুদদি অভাগী জ্ঞান মচেং মচেং মাংলম্লে। মাইথোংদা অশিবগী মমি ডাকুমে মিংকী মিংয়েং সংসার অসিগী থবক লোইদুনা কদায়দনো

মশক থঙদবা কবিগুম্বা লৈবাক অমদা চংখ্রে। কাঙালীনা কপ্পুনা হায়রকই, "ইমা-ও! বাবা লাক্লে— থুয়া-উফুল লৌগনি হায়বদায়!"

মমা থঙলম্বা য়াই, থঙলমদবস্থ য়াই, মহাক্কী অচেৎপা পামজবনা মৈ চুবগী মতৌগুম মহাক্কী পঙথরক্লবা চেতনা (জ্ঞান) দা মৈচাক পীবা ওইনা থোক্লম্বস্থ য়াই। অশি-লম্বেল চংলিবী মহাক অসিগী পঙথরবা মথুং কমুংদগী তিংথোকতুনা মথুং য়ারকই।

রসিক জ্ঞান মাংবগী মতৌগুম লেপ্পুনা লৈ। পৃথিবীদা মহাক্কীস্থ থুয়া-উফুল দরকার লৈ, মসিবু কনাগুম্বনা শিরকপা য়াই হায়বসি মহাক্কী কল্পনাগী বাংমদনি। বিন্দিগী মনে কপ্পুনা লৈরমই, মহাক্না হায়রকই, "পীয়ু ইবুঙো, থুয়া-উফুল থরা পীয়ু।"

রসিক চংশিল্লক্লে, পুন্সিদা মহাক্না কৈদৌউদস্থ মুংশিবিথিক্রবী, শেংন-চানবা পীবিথিক্রবী অচুগুম্বী মুপী অচুদা শিরমদাইগী মতমদা গুপ্নগী থুয়া-উফুল মরিক থরদং পীবা চংবদা কপথোরক্লে।

রাধালগী মমানা হ'য়রকই, "অসিগুম্বী লক্ষ্মী চেনবী সতীনা বাংমান-কায়স্তগী য়ুমদা পোক্লমদনা মানা ঐথোয়গী মুলেগী ইমুংদা লৈদৌনা পোক্লম্লিবা! হৌজিক্তি মাগী গতি থরা শিনবিরো ইবুংঙো— কাঙালগী মথুক্তগী মৈ মীহৌবনা মহাক মথবায় থাবা হায়বস্থ ওইরবনি।"

অভাগীগী লাইবক থিবগী লাইরেম্বনা মশক উদনা কমচুনা করি থম্লিবগে হায়বা থঙদে, অদুবু অঙাং ওইরিবা কাঙালীগী থম্মোয়দদি রাকম অসিনা তেনগী মতৌগুম য়ুররে।

মুমিং অহুগী মুংথিলগী মতমতু লৈরে অহিংগী অহানবা শরকতু লেরে, অদুবু অয়ুক্কীদমক্তা কাঙ্‌লৌগী মমাবা অমুক তাইবা উমথিরে। কনানা খঙগনি, অমুক তোল্লবা ফাত অসংই-দমক্তদু স্বর্গগী দোলাই শিল্লমগদ্রা শিল্লগোইদ্রা, অদু নত্রগনা অমঙদা মখোয় খোঙনা চৎপা ত'রম্বা য়াই — অদুবু অতিংগী অমম্বা কোকত্রিক্তৈদা তাইবংপান অসি থাদোকতুনা মহাক চৎরে হায়বা অসিদি খঙলে।

থাংপোক-শঙ অদুগী তুমাং মত্তোন্দা চন্নিথংগোক পাশী অমা হৌরি, মীংজং অমা য়াইকহুনা পুরক্লগা রসিক্কা মহু য়ানগে তোক্কবমক্তদা কদায়দগীনো জমিদারগী চৌকিদার অমা চেনশিল্লক্লগা মথক্তাইদা মখোল হৌনা খুদুম্না শুররে; শীজং মুল্লগা হায়রকই, "খোয়াবী, মসি নঙগী উনি খন্দুনা য়ানগে তৌরিবরা ?"

রসিক্কা মথক্তাইদা মখুৎ নাল্লকই, ক'ঙ্‌লনা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়রকই, "বাঃ! মসিদি ঐখোয়গী ইমানা মথুৎমক্তা থারম্বা উনি চৌকিদারবাবু! বাবাবু মরাল লৈতনা নঙনা ফুরিবা করিগীনো?"

হিন্দুস্থানী চৌকিদারনা অথিবা খোনচোপ্পা চৈরহুনা ফুগদবগী চংশিল্লকই, অদুবু মহাক মাগী মমাগী অশিবা হকচাং শেক্লনা কল্লি হায়দুনা মাংবা কিবদগী ওইরবাল্লে মহাক্তা মশাদা খুৎ থাদ্রে। লাইন-খোংনবদা মীয়াম তিনথংলক্লে; অয়াবা য়াউদনা রসিক্কা উ য়ানগে তোক্কবদু চুমদে হায়বদা কনানসু য়াদবা তৌদে। মখোয়মক্তা চৌকিদারদুগী মখোঙ-মখুৎ পায়দুনা মহাক্কা চানবিদুনা

অয়াবা অমা পীবিনবা হায়জ-নোঙ্গরকই। মরমদি নারিদৈ মতমদা অমাবা হংবা লাকপা মখোয় অহুনী মখুং পায়হুনা কাঙালীগী মমানা মাগী অরোইবা অপাঙ্বা ফোংদোকখি।

চৌকিদার খেম্বা য়াগদবা মীশক নত্তে, মহাক্না মখুং-মশা হাইহুনা অসিগুম্বা চাদাক মঙোন্দগি চংলোই হায়বা খঙহন্নরে।

জমিদার লমদম অহুনী মী নত্তে, খুঙ্গংদা মহাকী জমিদারীগী ওফিস অমা লৈ, গোমস্তা অধর রায়না মতুংগী মকোক্নি। মমাম্না হিন্দুস্থানীহুগী মফমদা অরেম্বদা হায়জ-নোঙ্গ্রিদৈ মতম অহুদা কাঙালী হোইহুনা চেনখিহুনা চুমথ্রেংনা ওফিস অহুদা লাক্লে। মহাক্না মীনা ঙাংনবা তাই মহুদি, চৌকিদার, পিয়নাশংনা শেল চাই; অমুক শাখীনা মরম চাদবা অত্যাচার অসি করিগুম্বা থোবুবেল গামস্তাগী মফমদা খঙহনবা ঙম্মবদি অচুম্বা বিচার তৌবিগনি হায়রসি মহাকী অচেৎপা থাজবনি। ওস্তোকপনি, হে খঙথ্রি-উথ্রিবা। বাংলা লৈবাকী জমিদার অমমুং মাগী কর্ম্মচারীবু মহাক্না মশক খঙদে। হৌজিক্তা মমা কায়নরিবা মুপামচা অসি কাম্বন-মৈচাক অমমুং মপুক্লিং লাংতক্লবনা ককথাওনহুনা মথক্তা শং হেক্তা কাখংলক্লে, অধর রায় হৌজিক্তা পূজা-আহ্নিক লোয়রগা করিগুম্বা থবা খজিক্তং চারগা মপান্দা থোরক্লি, ঙক্লা অমমুং শাউরংনবা হায়রকই, "কনানো ?"

"ঐ কাঙালীনি। চৌকিদারনা বাবাবু ফুই।"

"করবনি, মপু মশক খঙদবা অহুনা খাজনা পীদবগী ওইরিনিরে ?"

কাঙালীনা হায়রকই, "নত্তে ব'বু, বাবানা উ য়ানগে তৌরবনি — ইমা শিরে —"

অসি হায়না হায়মা কপ্পিংবা থাংবা ওয়্রকল্রে।

অয়ুক্কা কপ্পা-লাউবা অসিদা অধর থোকঁদোক্না শাউরক্লে। খুপাএচাসি অশিথা শোক্লয়গা লাকপা ওইরবগনি, কনানা খওগনি মকম অসিদা করি করি শোক্লয়গত্রা কারিনো। ধইকা তৌদুনা হায়রকই, "নমা শিরবদি চংলো মথাদা কুমথরগা লেপ্পু। হাই কনা কৈ, 'সিদা যণ'খপা ঈশিংগা থরা থিক্কোক্লো লাও। করি লাওকী অহাংনো মও?"

কাঙালীনা কিথি কিরুমনা ওয়াংদা কুমথদুনা লেপ্লগা হায়রকই, "এ্রথোয় হুলেনি।"

অধরনা হায়রকই, "হুলে! হুলে শিবদা উ কৈদৌনগদৌরিবনো হায়যু?"

কাঙালীনা হায়রকই, "ইমানা এ্রত্তোন্দা মাপী চিতাদা মৈ চু হায়রমই। থাকবিত্রগা ময়ামদা হংবিয়ুদনা বাবু, ইমানা ময়ামদা হায়রম্বনি, ময়ামসু তাহোবনি।"

মমাপী বা পনবদ, মমানা শিরমদাইদা হায়রম্বা পুম্নমক মিংকুপ্পা নিংশিংলকতুনা চয়ন কুনগংলকতুনা পোকথায়গদবগুম তৌরক্লে।

অধরনা হায়রকই, "নমাবু সংস্কার তৌগে হায়রবদি উপী মনল লুপ' মঙা লোকচো। শীবা ওমগত্রা?"

কাঙালীনা মহু ভাইখোক্লোই হায়রবা থংই। মহাক্কী কি লৈনবগী মমলগী মথক ওইনা মানা চাক চানম্রিবা পিথুইগী শেম্পাক বিন্দিগী মনেৎলা মমামা বন্ধক থমথিবা মহাক মখিংথক্লা উপ্রিবনি, মহাক্লা মথক চাইরকই, হায়রকই, "ওম্মোই।"

অধরনা খোইদোক্লা পিশুম শুক্লোকতুনা হায়রকই, "ওথেন্ত্রবদি নমাহু ছুবেল মপান্দা কোক থেক ফুমজিল্লুরো। মপা কমাগী উনি থন্দুনবো মপানা য়ামগে তৌকুব্রিবদি — ঈকাই-খঙদবা, মৈনাই-মচা, অতোন-অতাসিগা।"

কাঙালীনা হায়রকই, "ঐখোয়গী শুমাংবা হৌবা উনি বাবু! মহুদি ইমানা মথুংথক্লা থারম্বা উনি!"

"মথুংথক্লা থারম্বা উ! পাঁড়ে, মুপামচাসি মথক পায়হনা মপান্দা থরা ইখোক্লো লাওদনা!"

পাড়েনা চংশিন্নক্লগা কাঙালীগী লুথম পায়হনা ইন্নবে অমঙ্গুং অসিগুম্বা রাইহ শিজিনরক্লে মহুদি শুপ্নগী জমিদারীগী কর্মচারীশিংগুনা ঙাংবা গুম্বা।

কাঙালী উফুল কঙ্খোকতুনা হৌগৎলক্লে, অহুগী মহুংদা ভপ্না ভপ্ন মপান্দা থোকক্লে। কুরিগীনো মহাক চৈ চাম্বিবা, মহাক্কী মরূল করি লৈবগে হায়রবা মুপামচাহুনা খংবদা লাম্বা ফংক্লে।

গোমস্তাগী পূকচেল চাউরবা থম্মোয়দা মহু মমি কাওবা তাহৌদে। মমি তারবদি কম অসি মহাক কনবা ওম্মোই। হায়রকই, "পরেশ, য়েংলো লাওনহৈ, অঙাংসি থাজনা তৌনবরা তৌন্দবরা। তৌন্নরবদি অবৈবা থরা মমহুনা মুন্দুনা পূরকই — ঈকাই-খঙদবসি চৈনথিবা য়াই।"

মুখোপাধ্যায়গী য়ুমদা শ্রাদ্ধ হুমিং — মখক্তা নোমদং খগ্নি। মহুগী পিমবা লাংবো স্নুবুৱেমবী অমগী মজিক চানা শিল্লি ; অহল ওইরবা ঠাকুরদাস মশামক্তা কোইচং চংহুনা মহু য়েংশিল্লি, কাঙালীবা লাকহুনা মহাকমকী মাংদা লেপ্লগা হায়রকই, "আজ্ঞা-ইবুংঙো, ঐগী ইমা শিত্রে।"

"নঙ কনাগো? কমি পাম্লিবগো নঙ?"

"ঐ কাঙালীনি। ইবানা মাগী চিতাদা মৈ চু হায়রমই।"

"মহু কৌরুচোদনা।"

জমিদারীগী ওফিসকী থোদোকতু চৈরক অসিদা য়ুমথাং য়ৈহুনা শন্দোরক্লে, হুপা অমনা হায়রকই, "মা উ অমা পাম্বা ওইরম্বা য়াই।" অসি হায়রগা মহাক্তা থোদে কতু ফোংদোক্লকই।

ঠাকুরদাসনা মক্তা অমত্তুং শাউরংবনা হায়রকই, "তাও মৌরেব। ঐমকী শীং য়াম্না দরকার নৈ — হংচিং থোদোক থোক্লিবনি। চংলো চংলো, মকম অসিদা কমিহু কায়রোই — মসিদা কমিহু কায়রোই।"

অসি হায়রগা মহাক অতোপ্পা মকমদা চংখ্রে।

ভট্টাচার্য্য মহাশয় থোইনা লাপ্তুনা কমহুনা লিই শেম্লি, মহাক্তা হায়রকই, "নখোয়গী জাতবু সংস্কার তৌবা কনা য়াউরবগে — চক থুদাপ অমা মৈ থাবগা মমাইদা চুরগা হুরেল মপান্দা থোক হেক ফুমজিল্লুচো।"

মুখোপাধ্যায় মহাশয়গী মচাহুপা অহল য়াম্না মখৌ চিমা লম্বী অদোমদা কদায়দকৌ চংলি, মহাক্তা মনা থাংগৎহুনা চাইহাক

ভাবগা হায়খকই, "উবিরেদনা ভট্টাচার্য্য মহাশয়, হৌজিক কালসি মীপুম খুদিংমক বাখোন কায়স্ত তাক্তা ওইনিংলমাল্লে।" হায়রগা মখৌ নিংশিংলকতুনা কদায়দনো অমুক চৎল্লে।

কাঙাঙালীনা কনাদস্থ অমুক হায়জল্লে। পুং অনিয়োম অসিদা খঙলক-উরকপমা সংসারদা মাবু তশেংনা হমুব ওইহনল্লে। তুম্মিনা তপ্পা তপ্পা লাকতুনা মহাক শিরবী মমাগী মনাক্তা চৎলক্লে।

তুরেল মপান্দা কোম তৌরগা অভাগীবু হিপহল্লে। রাখালগী মমানা কাঙালীগী মথুক্তা পূনশিল্লবা চক্ক খুদাপ অমা পায়হল্লগা মখুৎ পায়হনা মৈ চল্লগা মমাগী মমাইদা চুহল্লগা লাকতুনা হুন্দোকল্লে। অহুগী মতুংদা ময়াম চংহুনা লৈবাক খোংচিন্দুনা মমাগী অরোইবা খুদম যাংহনল্লে।

মীপুম খুদিংমক থবক চিল্লি—তপ্পগী চক্ক খুদাপ অমথক্তদগী কারক্লিবা মৈখু থরা থরা অহুদং লৈনা লৈহুনা অতিয়া তম্না পাইথৎ চিংবতদা মমিং কপ্পমথৈ কাঙালীনা নোংথক্তা য়েংহুনা লৈ—




লোইরবা।

## লেখক অসিগী প্রেসতা লৈরিবা লাইরিকশিং

১। অঙাংগী পঞ্চতন্ত্র ( ফুঙ্গা বারী )

চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, ১৯৮১-৮২ ইংদা ১ বা মনা ফংলবা

২। পঞ্চতন্ত্রগী বারী থরা ( ফুঙ্গা বারী )

চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, ১৯৮২-৮৩ ইংদা ১ বা মনা ফংলবা

৩। ভাগবতকী বারী ( লিটরেচর )

চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, ১৯৮২ ৮৩ ইংদা ১ বা মনা ফংলবা

৪। লৈবাক্কী গাড়ী ( ফুঙ্গা বারী ... )

চিলড্রেন বুক কম্পিটিসন, '৮২-৮৩ ইংদা ৩ শুবা মনা ফংলবা।

---

লেখক অসিনা হন্দোকপা শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী

উপন্যাস অনি অসি য়াম্না থুনা

পুথোকচরগনি।

# শেষের পরিচয়

অমসুং

# শেষ প্রশ্ন

## লেখকী কোংখ্রা লাইরিকশিং

১। বাশক (ডিটেকটিভ উপন্যাস)

২। মহাক্লা কর্নবিরম্বান (উপন্যাস)

৩। মগো-ইবেন্স। (রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর)

৪। ভাগবতকী বারী

৫। পঞ্চ-তন্ত্রগী বারী

৬। উপনিষদকী বারী

৭। লৈবাক্কী পাঢ়ী

৮। নবাব-নন্দিনী (দামুদর মুখোপাধ্যায়)

৯। পুরানগী বারী

১০। থাজব্রবী (শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়)

১১। স্বামী " " "

১২। ষোড়শী " " "